# অচংবা মী

## নুপা

১। অফিসকী থবক তৌরম্বা চীংগী বাবু অমা ।
২। পাবুং খুলগী নিংথৌ পাওখোথং।
৩। য়ামসে পাবুং খুলগী মন্ত্রি।
৪। য়াইমা মৈতৈ নুপা অমা।
৫। অতোপ্পা চীংগী নিংথৌ অমা।
৬। ট্রাইবেল ওয়েলফিয়ারগী অফিসার অমা।
৭। মৈতৈ ওজা অমা।
৮। অতৈ অতৈ মীয়াম।

## নুপী

১। পাবুংগী খুল্লাকপী।
২। হেলেনগী মমা।
৩। হেলেন লাইরিক খরা হৈবী লৈশাবী অমা

ইং শোক ১৯৪৭ গী অদু ৱাইদা এগ্রিকলচর অফিসতা থবক তৌমিন্নরিঙৈদা ঐগী মরুপ ঁ থংখাই বাবুনা চীংদা লৈবা মীগী অৱাবা খুদোং চাদবা ময়াম লীদুনা চীংগী লাইববা মীশিংগী মরমদা অৱাবা ফোংদোকলমই। মতম অদুদগী হৌদুনা ঐগী ৱাখনবু চীংথক্তা পুদুনা চৎপা হৌখি। মহাক্কী ৱাখল অর্মদি থবকপু নিংশিবা ওইনা লাইবিক মচা অসি ইজরি। মহাক্কী খুল পিয়ারসোমুন্না নুঙাই য়াইফবা ঈশ্বরনা পীনবিসনু।

মনিপুর সরকারনা চানবিদুনা মমিংতা ওইরবসু শেল খরদং পার্ব্বিবগীদমক ঐনা থাগৎচরি। দণ্ডিনা ওইনা নৎলমদ্রবদি লাইরিক মচা অসি চেজেৎ ওইদুনা চাইদুনা মাংখিবা ফাওবা য়ারিবনি।

তোমচা সিংহ

# অনৌবা খুঙ্গং

## অহানবা শরুক

### ১বা উৎপা

*(পাঁবুং খুন্দা চীংদা নিংথৌ অমসুং খুল্লাকপী উ য়ান্দুনা পাম শেম্নবা থৌরাং তৌরি।)*

*নিংথৌ* ঃ খুল্লাকপী! নুমিৎ অসিবু লৈখরক্লববা ?

*খুল্লাকপী* ঃ হোয, নুমিৎ অসি তাবু তাখিগদৌবে। নুংশিৎ অকন্নবসু লাক্কদ্রা খল্লি, য়ুমদা হন্নবা তৌরসি।

*নিংথৌ* ঃ কুম হেক খুদিংগী চানিংঙাই বাৎপগী অবাবা অসি ওস্লোক্লা থাঙমখিদ্রে। কুমসিদি চাংমাই পুম্বা মানা মানা ঙম্বমখে হাইদেকলো পামলৌ শেমলো হাইদুনা লাওথোকখ্রবনি। কুমসিদি চীংমাই অমা ফাওবা থাক্রবোইদবনি।

*খুল্লাকপী* ঃ করি বানো নিংথৌ! উ-মখৈস্ লোইনা হাইদোক্লু লৌ য়ানবসু ঙমদা অরেম্বদা পাঙ্গলস্ কেম্বা উস্ তুম্বা, পাংথোকপা ঙমগদবা অদুতা মহোৎনবনা ফৎত্রা তপ্পা তপ্পা খোংফম য়েংদুনা চত্থসি, খোংফম শোইদবা মীনা য়ৌবা হানগনি। লামই হাইদুনা কন্নানসু খুৎ অনি চংদুনা চাশিন্নদে। নিংথৌ মতোমতা থব্রাই য়াওবনা করি তৌবা ঙমগনি। খুনগী মীপুন্নমক্লা লিচিং অমত্তা ওইনা মথরাই খুবাক্তা হাপ্পুনা হোৎনরবতদা অব্রাৎপা অসিদগী কোক্কদবনি।

*নংথৌ* ঃ ঐনা নিংথৌ ওইদুনা পানবনি। চাথুং - ফিথুংদবা লম ওইশিল্লরবদি খুনগী মীশিংনা হোংর্নখিগনি, অসুম অসুম তাকশিল্লক্নুা মমৈদদি

খুন অসি মুৎখিবা ফাওবা য়ারবনি। ঐদি নিংথৌ ওইরিবনিনা পুন্নমক্কী মাংজিন থানা নোম্ফম থোকই। ঐখোইনা নোম্বসি উরগা মী পুন্নমক থরাই য়াওরকসনু, শিরবসু অদুম ঙাইরে ঐখোইদি পাখাদুনা লৈথোকপা য়াদে।

*খুল্লাকপী* ঃ শিংজং অদু অমুক্তা থম্বিখো, চয়োম চাদুনা অমুক্তা পোখাবিয়ু।

*নিংথৌ* ঃ নংগী অদু বু য়ুদি য়াওরিব্রা, ঈশিংসু খৌরাংখ্রে খজিক্তা পিথকউ।

*খুল্লকপী* ঃ ঈশিং ওইনা থকপিরো, হৌজিক্তি য়ু থকপা মতম চাদ্রে, য়ুমদা থরুবা পুরসি। ঐগী শম্ অসিদা য়োৎ - থাং, পোৎ-চৈ লোইনা হাপ্লগে য়ুমদা হন্নবা তৌরসি। হয়েং নোং হেক ঙানবদা লাকপা ঙম্নবা হোৎনসি।

*নিংথৌ* ঃ খুল্লাকপী নংগী য়ুদু ঐঙোন্দা খরা পিয়ু ! ঐদি চাক চানিংদ্রে নং চাজরো।

*খুল্লাকপী* ঃ ওহ্মোকপনিদা নিংথৌ! নংগী নতৌ অসিদি ঐখোইদি রাবা তারেদো।

*নিংথৌ* ঃ করিগী রাগনি। ( য়ু লিক্রি লৌথোকই উনিং অমদা হৈদুনা থকই ) ঐনা য়ু থরুগা নহাক্লা করিগী রাগনি। য়ু থরুগা হকচাং চোকথবা অসি কোক্কদবনি। নহাকসু খরদুম থকউ খাকপিরমগে ঐদি রাবসু য়াম্না রাখ্রে-ঙাহাক্তদুম পোখাখিসি।

*(লৌশিং মচা অমগী মনুংদ চন্দুনা হিপখ্রে।)*

*খুল্লাকপী* ঃ য়েংউ নিংথৌ নুমিৎ অসি লৈশিনখ্রে - কনা অমত্তগী মখোল মরা তাখিদ্রে, ঐখোই অনিতমক চিথরম্বা তারে। নিংঙাই মলাইদবা তৌরগনু।

*নিংথৌ* ঃ ঐদি য়াম্না রারে - ওহ্মোক্লা য়াম্না রারে চৎপসু ঙম্নরোই।

*(য়ু অমুক থকচিল্লি)*

*খুল্লাকপী* ঃ ওহ্মোকপনিদা নিংথৌ য়ু অসি য়ুমদা থকল্লুরসি চৎলসিসে - চৎলসি। *(মখুৎ পাইদুনা চিংখৎলি)*

*নিংথৌ* ঃ ঐদি ৱাবনা হৌগৎপসু ঙমদ্রে চৎপসু ঙম্লরোই। লৌশং অসিদা অসুম লেকহৌরগে নং নতোমতা অদুম হৰখরো।

*খুম্লকপী* ঃ অদুম হাইগনু নিংথৌ! পোখা পোখা চৎসি, ঐনা নংবু শমদুনা পুগে। ঐদি থৱাই য়াম্না ৱারে নিংথৌ, চৎলসি।

*(চিংখৎলি)*

*নিংথৌ* ঃ নংনা নতোমতা চৎপা কিরগা লৌশংদা লেকও, য়ু থরসু য়াওরিবনি, নিংথম্বা খাংনবা থরা থকচিল্লু, চয়োম অদুসু নং চারো।

*খুম্লাকপী* ঃ অসুমনা হাইদুনা লৈরগনু নিংথৌ থৱাই ৱাশিল্লক্লে, মমখ্রবদি ঐখোই চৎপসু উররোই। মতম্না হানখ্রবদি পুম্নমক অরেম্বা ওইরগনি। ফি-রোনসু য়াওদে-শিংসু থিহৌদে নুংশিৎ মরক অশোংবা মফম অসিদবু করম্না অহিং খাংগদগে? অসুম লৈথোক্লবদি চাক য়াওদবনিনা হয়েংসু থবক শুবা ঙমগদবা লৈত্রে। ও! নিংথৌ, নংদি নিংথৌনি ৱাখল তৌবনা চুম্বনি। হৌজিকপু য়ু থকচিন্দুনা নিংঙাইদনা লৈথোকপা অসিদি ওম্হোকপা ওইখ্রে।

*নিংথৌ* ঃ ঐদি ময়ু ঙাওবা নত্তে। ৱাবনা খোং থাংবা থোক্লে, ঐ অহিং অসি অসিদা খাংহৌরগে। নং নতোম্মতমক খুল য়ৌনবা হনখ্রো নত্রবদি গতি লৈতে।

*খুম্লাকপী* ঃ নংবু করম্না নতোমতা হন্দোকলমগনি খন্দুনা য়েংউ নিংথৌ অমম্বা চীংগী লম্বী অসিদা করম্না ইতোমতা য়ুম য়ৌনবা হনবা ঙমগনি। নিংথৌ ঐ নংবু শমদুনা পুরগে পোখা পোখা য়ুম য়ৌনবা হোৎনরসি। ঐগী শম্ অসি লৌশং অসিদা অসুম থনম্মগে থোক্লবা লাক্লগনি। হাইনা হাইনা অসুম মমশিল্লক্লে নুংশিৎ অসিসু য়াম্না ইংশিল্লক্লে ইংবনা শিবা তাই।

*নিংথৌ* ঃ শিবগীদি থল্লুনদা - কৈনা চাদুনা শিবসু শিবা, নিংথমদুনা শিবসু শিবা, চানিংঙাই লৈতদুনা শিবাসু শিবা অম্মাগী অম্মানি।

*খুম্লাকপী* ঃ শিদোক্লগা করি তোংজবা লৈ। সরকার লৈরি, লৈবাক নিংথৌ পাল্লি। খুম্লোম্নবা অসুক য়াম্না লৈরি ঐখোইগী অৱাবা মতম

অসিদা মতেং পাংবিনবা হাইনবা য়াই। থাং অসিদমক পাইরো ঐনা পোদুনা শমদুনা য়ুম য়ৌনবা পুরগে। ঐ য়ুমদা হন্নিংলে পম্বদুনা লৈরনুসি। ইচাশিংসু মথৱাই ৱা রমলগনি। চাফম থকফমসু খংলন্নরোই। লশিং খরসু লংনাইদুনা হোৎননিংই ফি মরাং কাইদ্রবদি অঙাংনদি য়াম্বনিনা শুননবা হোৎননিংই। নিংথৌ ঐগী পুক্নিং অসি কয়াদা লাংথ্রবা? অদুবু নংবু তাহনবদি ঙমদ্রে। খুঙ্গাশিংবুদি নংনা কয়াদা নুংশিনা শোল্লিবা অদুবু ঐবুদি পিক্রিবা অঙাংশিংবুদি থক থম্বিদ্রবরা?

*নিংথৌ* : অসুক শাংবা লম্বু নংনা ঐবু করম পুদুনা চৎকনি। ঐদি য়াম্নসু ৱারে, য়াম্নসু লেকথরে। নংগী নচাদা নত্তে খুলগী অঙাং পুম্বা চাবা মবুক থন্দদুনা কপ্পুনা ঙাক লৈরিবা অদুঙাই। খুন্দা য়ৌরগবু করিদা নুংঙাইফম লৈ। অহিং অসি পোথারগা হকচাং অসি অমুক তেকখৎলক্কনি। ঐনা মখোইগীদমক শিবমখৈ নোমগনি।

*খুল্লাকপী* : ফরে, নিংথৌ লাইরক্লা তম্বনি ঐনা কন্নাদা ৱাকৎলুগনি। নুংশিৎ তারকলে, কল্লা শিৎচিল্লকলগনি। চৎলবসু লৈরবসু লানগী লানমত্তা মওইরগনি। ঐগীসু ইরাইবক ইচাশিংগীসু মরাইবক। লাইনা তম্বদা মীনা খেক্তোকপা ঙম্বা নত্তে। কপচবা নত্তনা করি মখা লৈ।

*নিংথৌ* : ঐদি তুমনিংবনা থাংবা ঙমদ্রে। ঙইহাক্তং পোথাগে নংনা অকি অখং লৈরবদি হৌদোকলকউ। লাও খোংগনু তুমিন্না হৌদোকদবনি। নুপীসু নোংমা ফাদোক লমলক্তা লেন্দুনা মীওইনা পানবগী অৱা নুংঙাইবা পুম্বা নিংশিংবা চুমই। য়েংউ। ঐখোইদি হৌজিক ঙমখৈ নাইদবা অমম্বগী মনুংদা হিংলিবনি। পুন্নমক অকিবগী মশক ঙাক্তা ওইবনি। নুমিৎকী মঙান্না লাক্লগা অমম্বা অসি কোকখিদুনা অকিবা অসি কোকখিগনি। লাইবক ফাবা মতম লাক্ত্রিবা ফাওবা লাইনিংদুনা শিদনবতা হোৎনগদবনি।

*খুল্লাকপী* : নুমিৎনা হাঞ্জিনখ্রগনি হাইদুনা ঐনা ফনা হোবে হোবে মহোৎনজে অদুবু নিংথৌ নংনা খক নাচুংবীদে। নুংশিৎ অসি কয়াদা শউম

চাওনা শাফু কন্না শিংকংলক্রবনো অসুক নেমথ্রবা লৌশং অসি ফাওবা ফেৎ ফেৎ হাইদুনা খাংলি। (নিংথৌনা লৌশং অদুগী মনুংদা হিপথখি খুল্লাকপী ফক্লাং ময়াদা নপশিন্দুনা মখৎ পুন্দুনা ফমই নিংথম্বা খাংই।) য়েংউ নিংথৌ অরাপ্পদা লোকখাদা ইরং লংবা অমা উরি। মৈশুন্না মৈরি মঙান্দি য়াওদে য়েংবদদি য়াম্না ফজনা উই, অদুগা পুক্লিংদদি অকিবা অথুকপা অমা ফাওই।

*নিংথৌ* ঃ অনিশুনা উবরা অমত্তমক উবরা? অনিশুরবদি অকিবা নত্তবনি।

*খুল্লাকপী* ঃ অদুবু অমুক্তা হৌগত্নুনা য়েংও?

*নিংথৌ* ঃ ঐদি য়াম্না বারবনি হৌগৎপা ঙমদ্রবনি। ঙাইহাক্তং পোত্থাখিগে অরংবা অদুনা মুৎথ্রবদি ঐঙোন্দা তাক্লকউ। তুমিন্না লৈয়ু লাও-খোংগনু। মখোইদি মমিৎসু শিংবনি, মনাসু শিংবনি, মখোং মখুৎসু য়াম্না হৈ-শিংবনি য়াম্না য়াংবনি চোংবসু হৈবনি, লোৎপসু য়াম্না হৈবনি। উচেক্কা খোংবা মালহন্নবসু হৈবনি অঙকপনি। খোংনিংবা মওংদা খোংবা হৈবনি। মথৌনা য়াম্না লৈবনি খৎনবা হৌরুবা য়াদবনি।

*খুল্লাকপী* ঃ অসুক অকিবা মরক্তা নোংঙানবা ঙাইবা ঙমগদ্রা?

*নিংথৌ* ঃ শিবু শিয়ু হায়রবদি লোত্নুনা হিংবা নত্তে। করিসু কিগনু পাংদবশিংদি অকিবনা ঙম্বনি থৌনা ফবাশিংদি অকিববু ঙম্বনি। ঐগী থাং অসি য়াম্না থৌবনি কিগনু।

*খুল্লাকপী* ঃ অদুবু অমুক্তা হৌগৎলু নিংথৌ!

*নিংথৌ* ঃ নংনা মুন্না য়েংউ! ঐখোইগী ইনাক্তা লাক্লগা হৌগৎলক্কদবনি।

*খুল্লাকপী* ঃ অরংবা অদু হৌজিক মুৎখ্রে হৌগৎলো নিংথৌ।

*নিংথৌ* ঃ (হৌগৎলি ফমই) ফকলাংদা নপশিন্দুনা লৈগনু মখুৎনা লাম্বা ফংখিগনি। মাদি য়াম্না শারাক ফবনি। শম অদু নংগী নমাংদা

থিল্লু মরুমদা থুপ্তুনা লৈয়ু। করিগুম্বা শউম তারবদি নংগী থাং মচিন তুম্বা অদুনা থিনগদবনি ঐনা কম্না য়াম্বগদবনি। নং য়াম্না কিরমাল্লে নশা অদু থক থক নিক্লে। কিবা চুমদে নিংথৌনা নংবু শংলি। কিন্নদুনা জ্ঞান মাংখ্রবদি মানা ইলাই লাইনা ওমখিগনি। মানদি করিসু তৌরক্তুনা নতোমতা পাখত্নুা শিদোকপা চুম্রা?

*(অরাপ্পদগী উংউংউং লাওরকই)*

*খুল্লাকপী* ঃ ও! নিংথৌ ঐখোইবু খুলগী ইপিজাশিংনা থিবিরক্লিবা ওইবা তাই। অমুক্ত উঃ লাওখোদনা।

*নিংথৌ* ঃ ঙাইখো হৌজিক লাওবা য়াদে। লাংলবদি খুদোংথিবা থোকপসু য়াই।

*খুল্লাকপী* ঃ মখোইনা অসি য়ৌনা লাক্লবদি ঐখোইগী অকিবা অসি কোকলোইদ্রা?

*নিংথৌ* ঃ মৈবুনগুম্বা অমা ফেৎ ফেৎ হাইরিবা অসি মখোইনা মৈনম হাইদুনা পুরকপা ওইরমগনি। *(অরাপ্পদা অমুকস্নু উঃ উঃ উঃ লাওরকই)* মীসু য়াম্বগী মওং মাল্লি কয়াসু পংলাপ লাপত্র- মাল্লে। ঐখোই খুদোংথিবদগী কোক্লগনি।

*খুল্লাকপী* ঃ (ফিংনা হাইরকই) নিংথৌ অরংবা অদু অমুকস্নু উবে। চীংদোং অসিগী মথক্তা ঐখোইগী ইপামক্তদা লৈরে।

*নিংথৌ* ঃ থাং পাইয়ু চেকশিন্না লৈয়ু, পাখৎক্নু ঐখোইনা ঙমদবা য়াদে। (ফিভম শেমদুনা)।

*খুল্লাকপী* ঃ (মখোল নিক্না নিক্না) মুৎখ্রে করম তৌসিগে?

*নিংথৌ* ঃ নংগী শম অসিনা চুং ওইনা ঙাকদবনি, মবুক্তা থাং মতোন্না থিনগদবনি - ঐনা কম্না য়ানগদবনি - নহাক্না শৎক্নুা অমুক্না থিনগদবনি-ঐনা হন্না হন্না য়ানগদবনি। তাল্লক অসিদা শোইদনা খুলগী মীয়াম য়ৌরক্কনি। ঐখোইনা লিন্দা ফুদোক্তবা য়াদে।

*(ময়াম নক্না উঃ উঃ উঃ লাওরকই)*

*য়ামসে* ঃ নিংথৌ। নিংথৌ নখোইবু অসিদা লৈবরা?

*(মরি মরি চংলকই)*

*নিংথৌ* ঃ (য়াম্না হরাওনা) য়ামসে । ঐখোই অসিদা লৈরে। নখোইনা লাকপিবা অসিদা অশিবদু ঐখোইবু থাদোক্তুনা চৎখ্রে। নখোইনা ঐখোইগী থৱাই অমুক পুবিরক্লে। ঐনা নখোই পুন্নমক্কী লম্মন তোল্লবনি (য়ামসেদা চেৎনা কোল্লি)।

*য়ামসে* ঃ পাখং ফান্দা তিল্লম্বা পাখং পুন্নমক শুনা লানগুম্না লাকইবনি। থাং পাইবা য়াও, তা পাইবা য়াও, নোংমৈ পাইবা য়াও লানগা চপ মান্ননা লাক্লবনি। নিংথৌনি হায়রগা হনুবা ওইরগা য়ু ঙাওদুনা লমলক্তা তুদুনা লৈথোকপরা? নয়ুমদদি অঙাংশিংনা কপ-লাওবা অদু তাবা ঙমদ্রদুনা ঐখোইগী পাখং ময়াম অসি পুদুনা লাক্লিবনি।য়েংনিংদেদা নিংথৌ খুদোংথিবদি করিসু থোক্তেদনা।

*নিংথৌ* ঃ ঐনা মীপুন্নমকপু অৱাবগী মথক্তা অৱাবা অমা হাপ্লে, হকচাং অসি ৱামনখিবনা হীপক্তোক্লবনি। ফমথখিবদগী হৌগৎপা ঙমখিদরে। ঐনা ঙসি উ য়ানবদা কক্পদা খরা কৱাম চাওখরে। নিংথম্বা খাংনবা হাইদুনা য়ুসু খরা থকচল্লুরে। ঐগী নুপীদি মথৱাই য়াম্না ৱারবনি, কিবসু য়াম্না কিরবনি। মহাক্না খুলগী পাখংশিংবু য়ু কোংসনু।

*য়ামসে* ঃ হৌজিক্তি চৎপা ঙমলগদ্রা ? উ হাইদেকপদনা হৌজিক হৌজিক্কী চানিংঙাই লৈতবদি কোকপা ঙমলোই।

*নিংথৌ* ঃ নিংথম্বনবু মহা ওইরে, মৈ য়াওনরিবরা ?

*য়ামসে* ঃ হৌজিক মৈ তিক্লবা হোৎনবা মতম নৎত্রে, য়ুমদা হল্লসি, অঙাংমখৈ মফম মৱাং খংলমলৱোই পুন্নমক মিপাইবল্লগনি।

*নিংথৌ* ঃ হৌজিক হৌজিক্কী অৱাববু খাংনবা হোৎনগদ্রা, তুংগী ফনববু হোৎনগদ্রা ? চানিংঙাইবু লৈরক্ত্রবদি খুল অসি লেপ্পা ঙমলোইদৌরি, য়ামসে করি উপায় তৌসিগে।

*য়ামসে* ঃ য়ুমদা কোন্না খন্নসি। মানা মানা থোকপা জীব হিংনবা হোৎনবদা

তারে, খুল হোংবনা হোংবা লৈহৌবা ওম্বনা লৈহৌবা। সরকারদা ফৌ-চেং খরা পিবিয়ু হাইদুনা দরখাস্থ অমদি থারুসি অসিমগাইহরে।

(ময়াম " চৎসি চৎসি " হাইনা চৎখি)

---

## ১বগী ২শুবা উৎপা

(খুল মনুং নিংথৌ, য়ামসেনচিংবা অতে অতে)

*নিংথৌ* ঃ ঙসিদি ঐখোইগী খুলগী মী পুন্নমক পাম হাইবা লৌ য়ানবা অমত্তা চৎথোক্লখিবা য়াদে। সরকারদা ঐখোইগীদমক চেং খরা পিয়ু মতেং পাংবীয়ু হাইদুনা দরখাস্থ থাখিবগী মরমদা ইনক্বারী তৌবা সরকারগী কর্ম্মচারী বাবুশিং লাক্কনি। মখোইগা উম্নদুনা বা ঙাংনবা লোইরগা কোম্না মাগী মাগী থবক চৎপা ফগনি। মন্ত্রিগা লোইন্নবা ঐখোইগী খুলগী পাখংশিংনা বাবুশিংবু ওকলুনবা খোংশানবা তাই। ঐখোইগী থংনবা খুল অসিদা মখোই ঙরাং লাকপনি ঙসি ঐখোইগী খুলদা লাক্কদবনি। অদুনা লৈশাবীশিংনা খোংদগী ঈশিং হোন্দুনা কোললিক ফেংদুনা মখোইবু পিজ -পিথক তৌনবা হোৎনগদবনি। অহনশিংনা চেং - চাক অরৈবা পিদুনা মখোইবু পিজনবা হোৎনগদবনি।

*য়ামসে* ঃ ঐখোইগী খুল অসি চানিঙাই চেং লৈতদুনা মী শিনরে অদুনা সরকারদা চেং খরা পিয়ু হাইজরগা ঐখোইদা চেং পিবদি লাইরদুনা মখোইগী বাবু থাকপা তারবরা? কদাইদগী চেং লৌরুগনি। চাগে হাইরগা পাল - মাইরেন চাবা তরেদনা।

*নিংথৌ* ঃ করি য়ামসে! ঐখোইনা বাবুশিংদু চরা অমা পিজখ্রগা ঐখোইদা চরা চামা পিজগদৌরিবনি। মখোইগীদমক চেং,শা, য়ু পিবা করিসু পাম্মুফম থোক্তে। মখোইনা ঐখোইগী ইমা - ইপা ওইবীগদৌরিবনি।

*য়ামসে* ঃ পিজনিংদবগী ৱা নত্তে , পিজনিংঙাই লৈতবগী ৱানি ঐখোইনা সরকারদসু থক নিফম থোক্তবনি, অদুবু লাইবক থিবনা তৌবতনি। চীংদা হৌবা উনা ৱানা নাপী ফাওবা চাবা য়াবরা য়েংনরবনি মমানা চাবা ফংদ্রবনিনা মচানা খোম থকপা ওক্ত্রদুনা ঙাওনরবনি, বাবুশিংগীদি কুলিসু পিরিবনি, মখোইনা চেং ফংদবা মফমদা চৎলবদি চেং খরা পুনবগীদমক থৌরাং তৌবনা চুম্বনি।

*নিংথৌ* ঃ ঐখোইবু চেং থনমদবা য়াদে হাইরকপা নত্তে, অদুবু করিগুম্বা চেং য়াওরক্ত্রবদি ঐখোইনা মখোইবু পিজবা তাবনি, মখোইনা চেং পামদ্রবদি ঐখোইগী লাইবক ফবনি। করিগুম্বা পিয়ু হাইরবদি শোইদনা পিবা তাবনি অদুগী হাইবতনি।

*য়ামসে* ঃ নখোইগী য়েরুম অদু হৌজিক চাথোকলগে য়েনবা অমা কোন্না পুবিরক্কে হাইবসি অফবা ৱা মান্দে।

*নিংথৌ* ঃ চাদদুনা শিবা তারবসু ঐখোইগীদি ইয়ুমনি। মখোইনা লমলানবনি! য়ামসে ফত্তবা ঙাক্তা খনবসু চুমদে।

*(মপান্দা ইরাং লাংই " লাকত্র লাকত্র " হাইনা হাইরকই)*

*নিংথৌ* ঃ ফিদা থাও ফিদা থাও ! *(মোরাময়াম পুথোরকই)*

*য়ামসে* ঃ বাবুশিং থুংলবে নখোই পুন্নমক লাকও হইদুনা মথং মথং য়ুমথাং যৈদুনা লাওথোকখো। নিংথৌগী য়ুমদা ফমগদবনি হাইয়ু।

*(ময়াম মথং মথং চংলকই)*

*নিংথৌ* ঃ সলাম তৌজরি বাবু। চংবীয়ু ফিদাদা ফমদুনা পোৎথাবিয়ু।

*বাবু* ঃ ফৈ ইপা ফৈ ! *(ময়াম ফমই)*

*নিংথৌ* ঃ ঐনা খুল অসিগী নিংথৌনি। ময়ামবু ওকপা লাকপনা ঐখোইগী খুনগী মন্ত্রিনি। সরকার হায়বা অসিনা নিংথৌগী মহুৎ শিন্দুনা প্রজাগী মমা মপা ওইরিবনি। অৱাবা তারবদা উপায় তৌবিগদবনিদো ঐখোইগী খুন্দা চেং ফংদবনা অৱাবা ওইরে।

মী পুন্নমক মুর্ত্তি চুন্না লেপ্পা ঙন্নরকত্রে।

*বাবু* ঃ হোয় নিংথৌ অদুগীদমক ঐখোইব্বু ইনক্কারি তৌনবা সরকারনা থারকলিবনি। অওইবা অচুম্বতা হাইদুনা মরোল অকুপ্পা হায়বিয়ু।

*য়ামসে* ঃ ইনক্কারি লাকপা অসিদা চেংসু খরা য়াওবিরক্লবদি ফগাদবনি। অসুম ৱা ঙাংনরিঙৈ পাও চৎনরিঙৈদা ঐখোইদি শিবনা হাল্লনি! কনাসু হিংলরোই।

*বাবু* ঃ কনামত্তা শিদনবা হোৎনগদৌরিবনি, অদুগীদমক ঐবু থারকলিবনি। তৌগদবা থবক পুন্নমক থুনা তৌবা য়ানবা অচুম্বা অওইবা ঙমগদবা মখৈ হাইগদবনি।

*নিংথৌ* ঃ অচুম্বতা হাইগদবনি মীনম্বা হাইনিংঙাই করি লৈ। বাবু! নংগী চানবগীদমক্তদি করি করি থৌরাং তৌনবা হোৎনসিগে?

*বাবু* ঃ ঐখোইদা পিজনিঙাই করি করি লৈবগে?

*নিংথৌ* ঃ পিজনিংঙাই অসি য়াম্না লুবনি। ঐখোইগী খুল অসি শাতানবসু চৎপা ঙমদ্রবনি। চেংসু লৈত্রবনি ঐখোইদি শণ-ইরোইগুম্না জঙ্গলদগী উনা-শিংনানা হিংলিবনি। মানা মশিং ফুৎলগা চেং খুয়া অমতং হাপ্লগা অদু থক্কুনা চাদুনা হিংলিবনি। কনাগুম্বা চুকজাক খরা লৈহৌবনা চুকজাক চাবনি। অদুসু ওকনবা লৈবা নত্তে। ওক-য়েন ফাওবা চানিংঙাই লৈতদুনা মতোমতা শিজরবনি।

*বাবু* ঃ চেংদি য়াওরি অদুবু ঐখোইসু চাক ওইনা চাররোই নখোইনা চাবা অদুগুম্না চারগে।

*নিংথৌ* ঃ চেং য়াওরবদি চাক ওইনা চাবদুমঙাইদনা ঐখোইনা অরেবা মখৈসু হাপকনিদনা। অরেম্বদা পাঙ্গল ময়েং তানবা ৱাথোক্লগা করি কান্নগনি?

*বাবু* ঃ ঐখোইসু নোংমতংদি নখোইগী অবাবা শরুক য়াগনিদনা-ফরে নিংথৌ, হৌজিক ৱা খরা হংলগে।

*নিংথৌ* ঃ ফরে বাবু নখোইনা পাম্বা মখৈ হাইরো। অদু লোইরগা খুনগী মীশিংসু মাগী মাগী থবক চৎচরসনু। অঙাংমচা ফাওবনা পাম য়ানবা য়াওরিবনি। চাদবনিনা কনাসু থবক পাংশিনবদি ঙমদে। পুক্লিংতনা শুবা মঙাইরে, খুত্তি য়াওবা ঙমদরে।

*বাবু* ঃ নখোইগী খুল অসিদি মমিং করি কৌই? *(ইশিল্লি)*

*নিংথৌ* ঃ পর্বুং কৌই।

*বাবু* ঃ নিংথৌগী মিংনা করিনো ?

*নিংথৌ* ঃ পাওখোথং কৌই ঐগী মিংদি।

*বাবু* ঃ য়ুম্নাক কয়া পাল্লি।

*নিংথৌ* ঃ য়ম্নাক নিফু পানবনি, মীকোক্তি অঙাংসু থারগা পুন্নমক্লা চা - অহুম ওইগনি।

*বাবু* ঃ নখোইগী খুন্দা চেং তাংবসি চহি কয়া শুরবগে, কুমশিদরা ?

*নিংথৌ* ঃ ঐখোইগী খুন্দা চেং তাংবা অসি চহি ২ শুরে হাকুম অদুদি খুললোলন্নবশিংদগী খরা খরা ব্রানবা ফংদুনা চাবনি। কুমশিদি মখোই পুন্নমক অব্রাবা তারদুনা ব্রানবা ফদ্রবনি।

*বাবু* ঃ কনা কনাগী ফৌ লৈনৈ, কয়া য়াম্না লৈবা য়াওরি ?

*নিংথৌ* ঃ টিন ১/২ লৈনবা য়াওরি য়াম্না লৈবা কনাসু য়াওদ্রে কনাগুম্বগী টিন ৪/৫ লৈনবা য়াওরমগদ্রা খংদ্রে। অদুবু থাজবদি ব্রাৎলে।

*বাবু* ঃ অদুদি অতৈ অতৈ চাবা য়াবা পোৎতি করি করি লৈরি ?

*নিংথৌ* ঃ কনা কনাগী পান - মাইরেল চুকজাক খরা লৈরমগনি। লৈরিবশিং অসি চাদুনা কয়া কুইনা হিংগনি খংদবনি।

*বাবু* ঃ অদুদি চাবা ফংদদুনা কনাসু অশি অনাদি য়াওনদ্রিদনা ?

*নিংথৌ* ঃ শিবকান্দা পুন্নমক শিমিন্নগদৌরিবনি। অরৈ অরৈবা য়েন্নদুনা

চামিন্নরিবনি। তোঙান তোঙান্না শিনগদবা নত্তে।

*বাবু* ঃ নিংথৌ, নখোইন্না চেং কয়া য়াম্না পাম্বগে ? অদুগা চুরাচান্দপুরদা নখোইগী মীনা হোঙ্গবা ঙমগদ্রা ? ৱাফম অসি খরা লুনা থোক্কদ্রা খল্লি। পুন্নমক অসি ঐনা রিপোর্ট নিংথিনা তৌরিগনি। সরকারনা কদাই ফাওবা নখোইগী নতেং পিগদগে অদুদি ঐনা হাইবা ঙমদে। ঐনা হেক ঙম্বমখৈদি হোৎনগনি।

*নিংথৌ* ঃ অয়াম্বা য়ামদবদি খরবু লাইরি, থুনা ফংহনবীবা অসিনি মরুওইবদি নৎত্রবদি শিখ্রবা কান্নদ্রবা মতমদা ওইগনি।

*বাবু* ঃ থুনবা হোৎনসি অদুগা নিংথৌ। লম্বী - থোং ফত্তবা মফমনিনা তমদগী পোৎ - চৈ পুরকপদা কুইনা চংই য়ান্নসু খুদোং চাদে। মরম অদুনা চেং অসিতদি লম লমগী ওক্লবা থোক্লবা হোৎনবা চুম্বনি। চীংদসু শণ - ইরোই শিজিন্নদুনা ঈশিং লৌ শেম্বা দরকার ওইবনি। সরকারগী মতেং ফংনবগীদমক দরখাস্থ থাগদবনি। শেল ওইনা অদুগা অহৈবো মীগী মতেং লৌদুনা থুনা পাংথোরবা হোৎনফম থোকই। লৌউবা হৈরবা য়াম্না তম্মুরবা মীশিংবু তাকহন্দুনা ঐখোইনা অনৌ অনৌবা জ্ঞান তানশিনফম থোক্রবনি। মনিপুরদা নত্তনা ভারতকী মফম অয়াম্বা চানিঙাই ৱাৎপা লম ওইশিল্লক্রবনি। চানবা পোৎ থোকহনবা অসিদি সরকারগীদমক অচৌবা মতেং অমনি। চহি খুদিংগী উ য়াম্থোক্তুনা মৈ থাদুনা মাংহনবা, য়োৎতনা য়ান্দুনা লৌ উবা কয়া ৱাখ্রবা থবকনো। মী অমনা উ কয়া য়ানগনি, কয়া য়াম্বা লম য়োত্তনা তৌবা ঙমগনি ?

*নিংথৌ* ঃ চীং হাইবা অসিদি অঙম্বনি। অঙম্বদা ঈশিং তুংদুনা লৈয়ু হাইবা য়াদবনি। বাবু ওইরগা লৌউবগী মরমদা করি খংগনি। য়োৎ মচা মচানা য়াদ্রবদি অঙম্বা চীংদা শণ - ইরোইনা খোইবা য়াদবনি। লম্মৈ থাদ্রবদি লৈহাও কাদবনি। পামলৌ অমনবদা হৱাই, পান লশিং লৌ ওইবনি। থোইদিং, মংগ্রা, শিং অসুক য়াম্বা চীংদা মরাং কাইনা ফংইবনি। চীংদদি কংলৌ উবনিনা পান্দোং চাওদবনি, ফৌথোক ৱাৎপনি। অদু ওইরগসু চাক য়াম্না

কাবনি। থাইনদগী পাম হাইদুনা ইপা- ইপুনা লৌ উরক্লিবনি। উজাও হৌবা মফমদা খুনগী মীনা পাংবীদুনা পামলৌ শেমলিবনি। খুনগী মী পুন্নমক্লা অমত্তা ওইনা পুন্নাপানমিন্নবা অসিবু খংদবনা ফত্তে হাইবনি।

*মন্ত্রি* ঃ চীংনুং অসিদি চেং য়াম্না লৈরগসু করি কান্নগনি। ৱানবসু ফংদবনি তাইবংসু শিত্তবনি চাবা ওক্লবা ফংলগা অদুমঙাই। নোং তাবা খরা ৱাৎপা, মত্তিন মকাং খরা কন্নবা কুম ওইদুনা অদুক ৱাবতনি। চেং য়াম্নগা যু য়াম্না লৈরগা থবক শুদবা মী হেনগৎনবনি। পাম হায়দুনা লৌউবা ইপা - ইপুনা থাইনা মৈহৌরোন্দাগী চৎনরক্লবনি। অসুক কুইনা চৎনরক্লবা চৎনবী পুন্নমক ইরাই লাইনা হোংদোকপা থাদোকপা য়ারোইদা, ঐখোইদি চীংগী মীনিনা চীংদা পানবা ইপা - ইপুগী চৎনবী মওংদা অসুম্মক পানবা হাইবদুনি।

*বাবু* ঃ ইপা - ইপুনা তৌরক্লিবা পুন্নমকপু ফত্তে হাইবদি নত্তে। মতম হাইবসিদি ইত্তত্তন হোংই। ঐখোইদি চীংনুংদা ঐখোইদমক লৈজবনি। হোংদোক হোংজিন তৌরোই হাইবা য়ারোই। পৃথিবীগী মফম মফমদা হোংক্ললিবা বিজ্ঞানগী থবকশিং অসিনা ঐখোইগী ইথক্তা নলশিল্লক্লিবনি। ঐখোইনা মখোইবু ঙাথোকচনবা পাঙ্গল লৈত্রবদি ঐখোই মাংখিবা মুৎখিবা তারবনি। চাওখৎলবা জাতিশিংনা ঐখোই শোথহৌরবশিংবু নুংশিবীদুনা মতেং কয়া পাংবীরি। অদুবু মখোইনা থৌজালবিরি হাইদুনা ঙাইদুনা লৈবা য়াবা নত্তে। ঐসু চীংদা পোকপনি চাংদা চাওবনি, চীংদা লৈবা মীগী অৱা - নুংঙাই লোইনা খংলিবনি। ঐখোইনা পাম হাইরিবনি হাইদুনা চহি খুদিংগী কয়াদা মমল য়ামখ্রবা উ পংয়ান্দা য়ানথোখ্রবনো? হয়েং মতম অমদা লম্বী ময়াম শেল্লকলিবা অসিনা ফাওনরক্লবা মতমদা কয়াদা কান্নখ্রগদবা অদুবু অরেম্বদা য়াম্থোক্লুনা মৈ থাদোক্লুনা মাংহল্লে।

*নিংথৌ* ঃ য়েনবা ওল্লক্কনি হাইদুনা মরুম পুন্নমক থম্বা ঙম্বা নত্তে।

হৌজিক হৌজিক চানিংঙাইনা মরুনি। তম্পাক্তা পানবনা ঈশিং লৌউবা চীংদা পানবনা উ য়াম্থোক্নুনা পামলৌ শেম্বা মহৌশাগী চৎনরক্লবা মশিন্নি।

*বাবু* ঃ ঐনা হাইবসু তাসি নিংথৌ, লৈতেম মান্নবা মফমদা ঈশিং লোক্তগী থৈগৎলগা ঈশিংলৌ শেম্নবদি ইচা ইশু হাকতক ফাওবা লৌফম ওইদুনা লৈহৌগনি। অঙম্বা অৱাংবা মফমদা উ ৱা মমল য়াম্বা পাম্বীশিং হৌহনগনি। হৈপাল লৈপাল মমল য়াম্বা থাজিনগনি।

*মন্ত্রি* ঃ খুন্দি ঙহাক লৈতনা লম অফবা য়েংদুনা হোংনখিগনি করম্না ইতোমতা লৌবুক শংদুনা পালহৌগনি। লৌবুক শেম্বনা করিসু কান্নরোই। য়ুমহোং তোইরগা চীংদা পানবশিংদি ইনাক খুনবনি।

*বাবু* ঃ থাং অমা থৌনা ফেংদুনা পুরগা অউ-অউবা থেংনবমখে য়াম্থোকপা নত্তনা খোংজাইদি করি তৌগনি, মীনা হাইবা কদাইদগী তাবিগনি। হয়েং উ য়ান্নিঙাই লৈরক্লগা কদাইদগী য়ানগনি। মীদা য়ানগদ্রা নুংদা য়ানগদ্রা। হয়েংগী খাক্তনা ঙসি লোইনা য়াম্থোকপা চুমদে। ইচা ইশুশিংগীদমক্তসু খরা খাকপিরমগদবনি। নুপীশিংনা ফৌশুবগী মহুত্তা ঈশিংখোংদা দেংগী পান্দুনা শুরি, অসিগুম্না নিপাগী য়াংলেন শরুদা য়াল্লিবা অরুম্বসু রোপ-ওয়ে হাইদুনা য়োৎলিগী লম্বী শেম্নগা পোৎ-চৈ হোন্নবা য়াই। তুরেলশিংসি থিংগৎতুনা ইলেকত্রিক্কী থৌরাং শেমগৎপা য়াই। ঐখোইনা চানবা পোৎ মরাং কাইনা লৈরবা অঙাংশিংবু লাইরিক লাইসু তমহন্দুনা পুন্নমক অসি হৈহল্লদি য়াম্না নুংঙাইনা হিংনবগী উপায় লৈগদবনি। মপোৎ মচৈ ৱাৎপা, অহৈবা মী লৈতবা, পোৎথোক চাথোক হেনগৎহনবা ঙমদবনা অসুম ৱানা ৱানা ইপা ইপুনা হিংলম্বা মহিংদগী হেনগৎপা ঙমদনা হিংলিবনি। ঐখোইনা ঐখোইগী চাওখৎনকগী থবক পাইখৎকদবা য়াম্না লৈরি। অহলশিংদি হান্নগী ৱাখলদগী হোংদোকপা ৱারগনি। অঙাংশিংবু লাইরিক তমহন্দুনা হৌজিক কানগী চাওখৎপা

থবক পুন্নমক্তা য়াওহৌবা ঙম্নবা হোৎনবা চুমই।

*নিংথৌ* ঃ অঙাংনা লাইরিক হৈরগা কদাইদগী থবক শুবিগনি। লাইরিক হুন্দোকমল্লদুনা ইম্ফালদা বাবু ওইদুনা পানখ্রগদবনি। চীংদা পোকপনি হাইবা ফাওবা কাওখ্রগদবনি। বাবু নহাক্সু অদুমঙাই। থবক্তি হান্নগী হাও অপংবা লাইরিক হৈতবা অদুতনা অদুম শুহৌগদবনি।

*বাবু* ঃ ফরে নিংথৌ, নখোইনা চৎকদবা চৎলো ঐনা য়াম্না থুনা চেং থাবিরক্লবা সরকারদা রিপোর্ট নিংথিনা ইদুনা থাগৎকনি।

*নিংথৌ* ঃ য়াম্না ফরে বাবু ঐখোইনা নংগী চান-থক্লবা শিল্লম্নগা পামদা চৎনবা তৌরগে। ঐনা ঐখোইগী খুলগী পাম শুবা লোইবা নুমিৎ হৌজিক্লা লাওথোকখ্রবনি। অদুদগী চোম্থদনা পাম সুবা পোখোবদি নামুংগদবনিনা মতম মাংহননিংদ্রে। মতুংদা অমুক ৱারী শাসি। হৌজিক মাগী মাগী মথৌদাং চৎপা য়ারগনি।

*বাবু* ঃ ৱারী শাবনদি থাজহনবা ঙমদ্রে ঐনা হাইজবা মঙাই কনাসু পুক্লিং চংবিদে। ঐনা থবক তোকথোক্লগা চীংদা পানবা মী ওইদুনা লৈরগে অদুগা মখোইগীদমক করি তৌবা ঙম্বগে য়েংগে উখ্রুলগী লমদদি ঈশিং লৌ শেমই, য়াম্না কুইরবা মতমদগী উনরকপা য়াওই হাই। মাও- মরামদসু নিংথিনা ঈশিং লৌ শেমই। ঐখোইনা মনিপুরগী মাইকৈ পুম্বদা ঈশিং লৌ শেম্নবা হোৎনবা চুমই।

*নিংথৌ* ঃ করিগী বাবু ওইবা তোক্কনি। মীওইবনা তান্নরিববু নুংঙাইনা পানবনি। লৌ - শুদুনা পাম হাইদুনা করিগী অসুক ৱানা হিংলুগদগে?

*বাবু* ঃ ফরে নিংথৌ, নহাক্কী নথৌদা পুক্লিং চংলো ; ঐগীদমক খল্লুনু ঐনা ঙম্নবা হোৎনখ্রগে।

---

## ১বগী তশুবা উৎপা

### (ইম্ফালগী য়ুম কা অমা)

(অয়ুক পুং ১০ রোম তাবা মতমনি,চৌকি মেজনচিংবা লৈ)

*হেলেন* ঃ ইমা নংগী পৈশা লৈরবরা ? ঐগী স্কুলগী ফী পিবা য়ারকাদ্রা ?

*মমা* ঃ বাবুগী তলবতি ফংদ্রি, মহাক্কী তুর চৎপসিদা বিল শাবা ঙমদদুনা খরা তপ্পা তারে হায়। হন্দক্তি খরা তপ্পা পিরসি।

*হেলেন* ঃ অদুদি স্কুলদা চৎলগে, হোরেল হাফ থাবদা অমুক লাক্কে, বাবু অসি ৱারবরা করিনো হৌজিক ফাওবা থবক কানবা করি অমতা হোৎনদ্রে। খরা লুনা সেবা লাংবা তৌরমউ ইমা।

*(চৎখি - বাবু থোরক্লুনা চৌকিদা ফমই)*

*মমা* ঃ নুমিৎ অসিদি থেংলক লে কাবা মতমদি ওইখ্রে অরুবা ৱাখল খল্লিবরা হাইদুনা অসুম ঙাইদুনা লৈবনি। করিগুম্বা হরাও তয়াম্বগী ৱাখল অমত্তা য়াওদবা নুশুক নুংজাননা লৈবগী মওং অসি করি তৌরবগে ? নহাক্কী অৱাবা নুংঙাইতবা লৈরবদি ঐখোইগী শরুকসু থুংবিফম থোকই।

*বাবু* ঃ ঐ'ঙসি থবক কাররোই হাইদুনা অসুম লৈথোক্লবনি হন্দক চীংদা টুর চৎলুবদা চীংদা লৈরিবা মীগী অৱাবা, অৱাৎপা, ময়াম অসি খল্লুবদা পুক্লিংদা থোইনা ৱাখরে। মতম পুম্বদা, চাওখৎপগী থাক ৱাংদ্রিবা, ঐগী চীংদা লৈবা মীশিংগীদমক খন্দুনা, মখোইগী মতেং ওইগদবা থবক্তা পাম্বনি। সরকারনা ট্রাইবেলগী মীশিংগীদমক তৌবিরিবা উপায়না মরম ওইদুনা ঐখোইনা ট্রাইবেল হইবা মমিং অসি মুৎথৎপা ঙমলককনি হাইনা থাজবনি। অদুম ওইনমক ঐনা মখোইগী অৱাবা অৱাৎপা ময়াম অসি অমুক হান্না উরুবা য়াওরুবা অসিদা মখোইগা

লোইননা চীংদা লৈবা অচম্বা মীচম ওইনা মখোইগী অৱাবা নুংঙাইবদা য়াওরুরগে অঙম্বা উপায় তৌরুনবা হোৎনরগে হাইনা খল্লে।

*মমা* ঃ তাকপিরিবা অসি য়াম্না ফৰা ৱাফমনি। অদুমকপু অমুক্তগা হন্থন খনবিখো। মরুপ, মপাং, ইচিল ইনাওশিংগসু তান্নবিখো। মখোই পুন্নমক্কা য়াবদু কান্নবা ওইরক্কনি খল্লি।

*বাবু* ঃ মী পুন্নমক্লা তান্নফম থোকই। অদুমকপু ঐবু মখোই পুন্নমক্লা অঙাওবনি হাইগনি। বাবু ওইবা তোক্তুনা চীংদা য়ুমদোমপোক অমদা লৈদুনা পাম য়ান্দুনা লৌউদুনা লৈবা হাইবসি অঙাওবনি হাইদবা করিসু লাল্লোই! ঐগী পুক্লিংনদি মদুতনা অফবনি কান্নবনি হাইনা কান্না ইনশিল্লি। করমনা খাংগনি ঐদি ৱাখল অসিগী বন্দি ওইরবনি। মীনা খংবীদ্রবসু ঐনা পামলিবসি ঐনা মুন্না খংই। ঐনা তৌরিবা সরকারগী থবক অসিদি ঐনা তোক্লগা তৌবীহৌনবা মী মশিংথিবা ঙমদবমখৈ চোংথোকলক্কনি। ঐনা পামলিবা ঐগী থবক অসি তৌবীনবা ঐ নত্তনা কনা অমত্তা চোংথোকপিরকলোই। নহাকসু ঐনা খক নমদুনা নহাক্লা পামদবা থবক্তা য়াওহন্নবা পামদে। ঐনা তৌগদৌরিবা মতা চাদবা থবক অসিদা য়াওবা কিরবদি নংগী অপাম্বা মওংদা চত্থখিবদা ঐগী পেন্দবা অমদি অশাওবা করি অমত্তা লৈরোই।

*মমা* ঃ বাবু নহাক্লা চানবিদুনা অদুগুম্বা ৱাখল হাইবীগনু চুম্না খন্নবগী ৱাতনি। অদুগুম্বা ৱাখল থাদোকপিয়ু। অৱাবদা নুংঙাইবদা ঐনা নংগী লোইন্নবী ওইগনি। নহাক্লা চীংবা লম্বীদা তুংইন্দুনা চৎকনি। থুংলুবা মফমদা থুংগনি।

*বাবু* ঃ খনজবা অপাম্বা লম্বীবু খক য়েৎনিংদে। ঈশ্বরনা কনবীবা নৎতনা মীগী মতেংগনা ওইগদবা অসুক চাওবা থবকপু ঐগুম্বগী করি ইতিক লৈবগে। ঐগী পিক্লবা শক্তি, পুক্সিগী তেল্লবা মতম খরা অসিদা মৈহৌৱোন্দগী চৎলক্লবা কুইরবা মপা মপুগী চৎনরক্লবা থৌদৌবু করম্না মিত্রংগুম্না নুমিৎ খরগী মনুংদা

ওম্বোকপা ঙমগদগে ঐনা করি খংদুনা কয়া হৈদুনা কয়াম ৱাংবা ৱাখল কয়া মপুং ফাবা থবক মখোইদা তাকপা উৎপা ঙমগদগে। ঐনা খরা খংলিবা হৈরিবা অসি মখোইনা কদায় ফাওবা থাজগনি কদায় ফাওবা পেন্দুনা লৌবিগনি পুন্নমক অমম্বনি। অদুবু ৱাখলনা থম্মোই মলহনগদবগী শরুকথবক্তা পুন্সি কেমজবনা পুক্লিংগী ৱাইশংবা ওইগনি খল্লি। ঐগী পুন্সিগী কল্পনা অসি ৱাহৈতনা নত্তুনা থবক ওইনসু উসনু।

*মমা* ঃ নহাক্কী অপাম্বদু ঐগীসু অপাম্বনি। ঐবু নহাক্কী থবক পুন্নমক্তা খোংবু ওইনা পুবিয়ু। পুন্সিগী লমখাংদা হুন্দোকপিনু। নহাক্কা লোইননা অৱাবা খাংজবা ফংবা ঐগী লাইবক ফবনি।

*বাবু* ঃ ঐ য়াম্না নুংঙাইরে - ঐনা পামলিবা তৌগে নিংলিবা পুন্নমক ঐনা তৎতনা হাইগনি তান্নগনি। মংদা চৎপগুম্না নংনা ঐগী ইতুং ইনবসু নুংঙইহৌবোই, কান্নবসু লৈরোই। (মচানুপী চংলকই) ইবেম্মা! করি তৌবে নং অমুক লাক্লবদি?

*হেলেন* ঃ ঐখোইগী স্কুলগী ওফ টাইমনি। নহাক্কা তুমিন্না নুংবংননা লৈহৌবা অদুদা নুংঙাইত্রদুনা লাকপনি। অফিস কাদ্রিবনা করিগীনো হকচাং ঙমদ্রবরা?

*বাবু* ঃ করিসু থোইদোকপা তৌদে। ঐনা অঙাওবগী মং অমা মংলি। মরক মরক্তা নংগী ৱাখনা মং অসি কাইরি। ভাবকী দলাল অসিনা ঐবু অমুক অমুক নল্লি। ঐনা কল্পনা কয়া তৌরি, কল্পনা অদুনা ঐবু ঙাওহল্লি।

*হেলেন* ঃ মীনা অঙাওবনি হাইরিবা মীশিং অদুগী কল্পনাতনা, চান্নবা কান্নবা মীওইনা পানবগী নুংঙাইবা পুরকই হাইনা ঐনা তাই। ঐনা নহাক্কী অফবা থবক্তা য়ৈখাইবা ওইরে হায়বসি ঐগী লাইবক থিবনি। ওম্বোক্লা নুংঙাইতবা ৱানি। কৈদৌনুংদসু য়ৈখাইরোই। ঐনা ঙমজবা ইতেং পাংগনি। নহাক্তি ঐখোইনা য়াম্না নুংশিজবা ইপানি। হাইদোকপদা অকাইবা লৈত্রবদি নহাক্লা পামলিবা অদু ঐখোইবুসু তাহনবীয়ু, ঐখোইনা করি তৌবা ঙমগদগে অদুসু হাইবীয়ু।

*বাবু* ঃ ঐনা চীংদা লৈরিবা ইচিল ইনাও ইপিজাশিংগী মরক্তা লৈদুনা মখোইগী অৱা-অনা মরক্তা হিংদুনা অঙম্বা সেবা তৌরুরগে সহরদা সরকারগী থবক্ তৌবা বাবু ওইদুনা নুংঙাইথোক্তুনা পুন্সি লেল্লরোই হাইনা খল্লে।

*হেলেন* ঃ সরকারনা মখোইগীদমক চেং পীবিখ্রে হাইবদাই। অরাপ্পা খুলশিংগীদমক্তদি এরোপ্লেন্না চেং থাদবিরগনি হাইবদাইনে।

*বাবু* ঃ ৱাৎলিবা অসি চেংতা নত্তে, ফীরোলতা নত্তে, লম্বী থোংৱাৎপদা নত্তে লাইরিক লাইসু তম্বা ফংদবতা নত্তে। ঐনা মখোইদা অনৌবা সমাজ বিঞ্জানগী মঙাল অমা পীনিংই। মখোইদা মনিং তম্বা শামু লমশাগুম কোইচৎ চত্তুনা লৈরম লৈরম্বা থুগাইদুনা, মাংহন্দুনা, য়াম্বেক্তুনা, ককথক্তুনা নুংঙাইবা ওরিবা মদুনা হিংনবগী য়ুম্ফম ওইরিবা অসি হোংদোক্তুনা মঙাল অদুনা মরম ওইদুনা শেমগৎ শাগৎপা য়োকখৎপনা য়ুম্ফম ওইদুনা অমগা অমগা খৎনা - চৈনবা হাৎনা শুনবগী ৱাখল থাদোক্তুনা মচেৎ মচেৎ ওইনা ইচাই-চাইনা হিংইবা অসি তোক্তুনা মপুম ওইবা অমত্ত ওইবা সমাজ অমনা লিচিং মান্ননা নোমিন্নদুনা মীগী মতেং লৌদনা মীনা শম্বীদনা মতোমতা চৎচবা ঙম্নবা অমম্বগী কুয়োম অসিদগী মপাল থোরকহন্নিংই। ঐনা ট্রাইবেল হাইবা চানবীবা মিংগৌ অসি য়াওদনা হিংজবা ঙম্নবা নোমনিংই। অচাওরম কাবগী, শেন্দোং পাম্বগী, লানগী মৈশানা য়োম্লবা, পৃথিবী অসিগী মনুংদা চিক্লা ঈংনা শান্তিপূর্ণ ওইবা মওংদা অমদি চান্নবা, নুংশিনবগী মশক্ ওইবা, সমাজ অদুদা লৈহন্নিংই। ঐনা নোমজবা অসি কন্নানা থাগৎপিদ্রবসু কন্নানা থওইবীদ্রবসু মী পুন্নমক্তা লৈবা ঈশ্বর অদুগীদমক মহাক্কী পেন্নবগীদমক শোথহৌরবা সভ্যতাগী-থাক্ ৱাংজদ্রিবা ঐগী কাংলুপকী মীশিংগী মঙ্গোলগীদমক নোমগদৌরিবনি। লাওদুনা খোংদুনা ভক্তিতা তৌদুনা কোইনা চৎকদবা নত্তে। থবক্তুনা মরম ওইদুনা খুদম ওইনা উৎকদবনি। থবক্লা মরম ওইদুনা পুরকপা ৱাফম

অদুতা ঙাংনগনি তান্নগনি। মতম পুম্বদা তুমিন্না লৈবাক পুংজাও থিন্দনা অনোম্বা ওইনবা হোৎগনি। তৌগে নিংলিবা থবক অসি মিশনগী থবক্কুম্বা নত্তে। ঐখোইবু লংনবীরিক্কনি কিহল্লক্কনি, খৎনবা হৌরক্কনি,শেৎনা চানবা লৈরক্লোই। অঙাওবনি হাইদুনা কনানসু হাইজবা অমতা তাবিরক্লোই, কনাদগীসু সহায় উপায় ফংলোই। পুন্নমক অসি ইশানা খৎনা খৎনা থাদোকপা ঙমদবা ৱাখল ওইদুনা মৈনুং অদুদা চোংশিনগদৌরিবনি।

*হেলেন* ঃ মসিদা করম্না ঐনা নংগী অয়েৎপগী মশক ওইরি, ঐনা নহাক্কী নতেং করিগুম্বা মওংদসু পাংবা ঙমলোইদ্রা ?

*বাবু* ঃ ঐখোইনা থবক অসি হেক পাইখৎপা হৌবদা অসুক্কী মতিক অকিবা ফংগনি - অসুক্কী মতি ঐখোইতা তোঙান্না তাগনি অসুক্কী মতিক চিক চিক লাওবা অচিকপা অমা থেংনগনি মদুনা ঐখোইবু কিহনগনি- মীপাইবনা লৈবা ঙমল্লোই। জ্ঞান য়াওদ্রবা অঙাওবা ফাওবা ওলহনগনি। অঙাং ওই রিবা য়াম্না নৌরিবা জীবনগী নুংঙাই য়াইফবা অচাওরম পুম্বা ফংনবগীদমক মহৈ মশিং তমগদবা মমল য়াম্লবা মতম অসিদা নহাকপু হুন্দোক্লম্বা নত্রগা অসুক্কী মতিক ওন্ন-তৈনবা অকিবগী মশক ওইবা অৱাবা খাংমিন্নরব্বা- মপা অমনা মহাক্কী অমত্তা ঙাইজবী মচা নুপীবু করম্না হৌদুনা পুগদগে ? মসি ঐগী অচৌবা ইরান অমা ওইরগদবনি। ঐদি করিসু লৈতবা, করিসু নত্তবা, করিসু লৈজদবা লাইরবা মীনিনা মতম অমত্তদা থবক অনিমক পাংথোকপা নত্রগা নোম্বা ঙল্লোই।

*হেলেন* ঃ নহাক্না অমম্বা চীংগী চীংনুংদা সভ্যতাগী মঙাল য়ৌদ্রিবা চীংগী খুঙ্গংশিংদা সভ্যতাগী অনৌবা মঙাল অমা পুরক্লবা পুন্সিগী অনৌবা রস অমা পীননবা হোৎনবদা ঐনা ঐগী জীবনগী নহা ওইবগী ৱাখল, ইশাগী চাওখৎপা মরূপ মপাং নুংশিবা ৱাখল পুন্নমক নহাক্কী অথোইবা যজ্ঞ অদুদা কৎথোক্লগনি। অমকপা লৈতবা ৱাখন্না নহাক্কী অনৌবা চাওথোকচনিংঙাই ওইরবা কৎথোকপগী ধর্ম্ম অদুদা ইহান হানবা লাইনিং লৌবা

শিষ্য ওইগনি। ঐনা নোংশা অমোমগুন্না নহাক্কী নতুং ইন্দুনা নোমগনি, নতেং পাংগনি। ঐগীদমক অমুক হন্না ৱাবিরগনু। নহাক্কী থবক্কী লানফম অদুদা খুৱৌচেনগনি খনবীরগনু। নহাক্কী জীবনগী অমত্তা ওইবা পান্দমফম অদু য়ৌনবা হোৎনবদা ঐনা কৈদৌঙেদসু থিংবা ঙম্লোই, থিংনবসু হোৎনরোই। ইপাম্বাদা ঈহৌরকপা চীংনুং হোগাইদুনা চেত্থারকপা লোক্কী ঈচেনবু কনানা থওইদনা থৎপা ঙমগদগে। মতম খরা সহরদা লৈদুনা মীয়াম মরক্তা অকে-অমৌ শক খংনরবসু ঐগী ঈদা হৌজিক ফাওবা অসুকপা উমংদা খোংবা উচেক্কী মখোল, লোক্কী লোকচপকী অচিকপা শকফম চীংনুংদা চেনবা তুৱেলগী মখোল, মতম মতমগী উরৈগী মপৈ মপৈ, লোকমাইদা হৌবা মপান্না পুময়োম য়োম্না শাৎপা উজাওগী পরেং পরেংনা চীংলম্বীবু তাকলিবা, চীংগী চীং-লাইবক্তা নুমিৎকী মঙান্না য়ৈরকপদা কাংদোং ফারক্লবা শজি শঙাইনা লম্মৈনা চাকখ্রবা হানৌ মরক্তা তথক তথক চেনবা পুন্নমক অদুবু নুংশিজবা কোকত্রি। পুন্নমক অদু ঐগীদমক শকখংনদবা লমলানবা ওল্লমখিরোই।

*বাবু* ঃ ইচাগী ৱাহৈশিং অসিনা অনৌবা পাঙ্গল অমা হাপলে পুক্লিং অসি মকালাম্লে, ঐগী নিংজবা অসি পাংথোকপা ঙম্লগনি থাজরে।

---

## ১বগী ৪শুবা উৎপা

চীং পাবুং খুল। (অয়ুক)

*নিংথৌ* ঃ য়ামসে ঙসিদি ঐখোইগী খুলদা এরোপ্লেন পাইরক্তুনা চেং থাদরগনি হাইবা নুমিৎ অদুনি খুলগী মী অমতা চৎথোকপা য়াদে হাইদুনা লাওথোকপা তাই।

*য়ামসে* ঃ নহান্দগী হৌনা মী পুন্নমক্তা তাকখ্রবনিনে নিংথৌ।

*নিংথৌ* ঃ অদুমকসু কনাগুম্বা কাওথোকপা য়াওরবসু য়াই অমুক্তগা হন্না

কোইরও লাওথোকখো।                    *(য়ামসে চৎখি)*

*খুম্লাকপী* ঃ নিংথৌ চীংদা খুল অসুক য়াম্না তারিবসিগী মনুংদা মখোইনা ঐখোইগী খুলবু করম্না মশক খংবা ঙমগনি। ওন্নতৈননা অতোপ্পা খুলদা থাদখ্রবদি মাংলেদো অদুগী শরুকপুদি ঐখোইনা ৱারবসু ৱানা হোঞ্জবনা ফরমই।

*নিংথৌ* ঃ খংদে- ঐখোইনা লাওরবসু মখোইনা তাবা ঙমলোই ওন্না তৈননা থাদখ্রগা থুনা অমুক রিপোর্ট তৌরুবা হাইবদুনি। ঐনা নিংবদি মখোইগী খংনবা উপায় লৈরমগনি নিংই।

*য়ামসে* ঃ (চংলকই) নিংথৌ মীশিংসি কদাইদা লৈশিগে-মখোইনা ঐখোইগী খুনুংদা থাদরক্লবদি বোরানা মী নন্দুনা মী শিবসু য়াই, কদাইদা লৈবনা ফগনি নিংই।

*নিংথৌ* ঃ ঐনা নিংবদি মখোইনা খুল মুনংদদি থাদফম থোক্তে।

*খুম্লকপী* ঃ মখোল অমা ঙংবা তাইদা এরোপ্লেনগী মখোলবু মাল্লি।

*নিংথৌ* ঃ হোইনে তাইনে। এরোপ্লেন ওইবতাই কদোমদা মাল্লি।

*য়ামসে* ঃ উবা ঙমদেদা - নুমিৎনা তরং তরং থোরকপা উনা পুম্নমক্তা নুমিৎ মচা মচা পাল্লিবা অসিনা ইলং লংখত্তুনা য়েংববু ঙমদেদা।

*নিংথৌ* ঃ ঙসিদি লৈচিন নোংফাইসু থাংদে ওয়োক্না ফজবা নুমিৎ ওইখ্রে, ওইবা তারে য়াম্না তারে।

*খুম্লাকপী* ঃ নুংশিদা চীংলৈবাক অসিদা অৱাবা তারবশিংগী মতেং পাংনবা পাইরক্লিবসি - ঐখোইগী নুংঙাইবা অসি করম্না মখোইদা ফোংদোকপা ঙমগনি।

*(নুপী অঙাং পুম্নমক হৌদুনা নুংঙাইদুনা লাওই)*

*য়ামসে* ঃ পাইরে-পাইরে অসোমদা পাইরে, য়াম্না নেম্না পাইরক্লে তো তো তো!                    *(ময়াম্না মখুৎনা ফি হাই হরাওবা উৎলি)*

*খুম্লাকপী* ঃ ঙমখৈ নাইদবা চীংগী লৈবাক অসিদা করম্না ঐখোইগী খুনবু

মশক খংবা ঙমলিবা- ঐঙোন্দা ওম্থোক্লা ঙক্লা থোকলে।

*নিংথৌ* ঃ এরোপ্লেন হাইবসি মশাদা নত্তে মমিৎসু পাল্লি।

*য়ামসে* ঃ লৈথরকলে লৈথরকলে - আই - আই চেপথদুনা পাইরিবসি য়েংউ। য়েংউ-য়েংউ থাদরক্লে থাদরক্লে। বোরা অমা অনি অহুম - ওঃ! লৈথ্রৎখ্রে- ( নুংঙাইতনা) কোইনা পাইখ্রে ২/৩ সিগীদমক পাইরক্লিবরা? নুংশিদেদা কনানা চারগা কনা য়েনগদৌরিবনো ! ধমকাদি ইনক্কারি লাক্লিবনি অদু তৌরিবনি, মী চাইথোক্কনু চেং বোরানা ননগনিকা হাইদুনা তৌবশারিবা! (হরাওনা) ওঃ ওঃ অমুকসু হল্লকত্র হল্লকত্র। (ময়াম লাও খোংবা) হাইথরক্লে হাইথরক্লে! থাদবে থাদরে। অনিনি অনিনি!

*খুল্লাকপী* ঃ মনুংদগী মীনা ইথরক্লিবনি। য়েংউ য়েংউ চেপথবিঙৈদা ইথরকইবনি মী য়াওনা তারক্লবদি শোইদনা শিগনি।

*নিংথৌ* ঃ কোইরৈ লৈদুনা পাইবা পাইথরকপা মতমদা থাদরম্বা অদুগা অমুক পাইখৎখিবা য়াম্না হৈখ্রবা মীগী থবকনি। পাম অমনবা লৈতেম মান্নবা মফম অসিমক্তদা থাদররিবনি নত্রবদি লোকখাদা ওন্থখিদুনা চুরাচান্দপুরদগী নুমিৎ ৪ নির্গী লম্বীদগী হোনবমুক ৱাগদবনি।

*য়ামসে* ঃ কনানা খংগবনো বোরামখৈ পুমতোই তোইনা কাইদুনা পুমচাই চাইদুনা মাংলম্বরা করিনো।

*নিংথৌ* ঃ লৈবু লৈরবদি- মীনা চাবা য়াদ্রবসু ওক্লা চাবদি য়াগনিদনা।

*য়ামসে* ঃ হোয়- ওক্লা চেং চাবা মীনা ওক চাবদা তারেদনা।

*নিংথৌ* ঃ মশিংদুম নিংথিনা থিজিনগদবনি-অরেম্বদা চেং বোরা ওইনা মাংদুনা তোক্কনি মখোইনা লৈরিবা ১০ রক শুবে অদুনদি চেং বোরা ২০ শুবা তারে। কয়ারক লৈথরম্বা, কয়া কয়া থাদরম্বা খংজিনগদবনি-অদুগা ময়াম চংদুনা মশিং শুনবা কোইথি থিসি।

*য়ামসে* ঃ (খরা ৱাংনা কাখৎলগা) য়েংও য়েংও। বোরা অসি লৈবাক্তা বোব তারগা থরো থরোককা ওল্লিবনি তুমিন্না লৈবীবা নত্তে। য়েংও য়েংও। এরোপ্লেনদগী চেং থাদরকপা মী অদু থোংদা লেপ্তুনা মখুৎ হাইরিবসি ঐখোইসু হাইসে।

*( ময়াম "ওঃ" লাওদুনা মখুৎ হাই ফি হাই )*

*খুল্লাকপী* ঃ ওঃ মমাই ওল্লত্রে- নুংশিদা মখোল অসি অসুম লাপথোকখ্রে।

*নিংথৌ* ঃ শানা ওক্না মাংহন্দরিঙেদা বোরা মশিং শুনবা থিন্নবা তোরসি নুপীশিংনা শম পুদুনা চৎসনু বোরা অকাইবগী চেংশিং অদু পুরকসি। নুপানা বোরামখৈ পুল্লপ পৈশিন্দুনা থমসি।

*য়ামসে* ঃ চেং অসিদি নোংথক্তগী ঙাক্তা তারক্লবদি নুংঙাইখ্রনিদা, ইরা ৱাদনা হিংবা য়াগনিদা- লৈপাক্তগী থোকহনবসিদি ৱাখ্রে।

*নিংথৌ* ঃ শেলবু লৈরবদি চেংগী নোং চুহনবা য়াই শেল লৈতবগী ৱানি। হৌজিক ময়াম্মক চেং লৌশিন্নবগীদমক চৎলসি।

*য়ামসে* ঃ মী পুন্নমক নোংমতদি চাক পেন্নবা চাসি খুল হৌদুনা শা তানবা চৎসি সরকারগী চেং নোংথক্তগী তারকপসি চরা অমতং পেন্নবা চারগা পাঙ্গল অমুক হনজিনবরা য়েংসি। করি হাইগে নিংথৌ?

*নিংথৌ* ঃ চেং অসিতা হান্না হেনজিনথিসি। খুল পুন্নমক নোংমা নোংমতংদি পেন্নবা চাদুনা, থক্তুনা নুংঙাইনা লেনবা চুমই। অদুদগীদি লৌগী থবক লোইনবা হোৎনরগদবনি।

*য়ামসে* ঃ চহি খুদিংগী ঙসিগী তারিখতা খুলগী হরাওবা নুমিৎ ওইরসি। নোংথক্তগী চেং থাদরকপা অসিদি কাওবা য়াদে য়াম্না নুংশিবা নুমিৎনি। বাবু অদুগী মমিংসু লৈফমসু অমত্তা হংহৌদেদা। অমুক উন্নববু ফংখিগদ্রা?

*নিংথৌ* ঃ য়ামসে ঐখোইসু চৎসি অঙাংশিংনা করম্না থবক তৌবগে হাইবা য়েংলুসি। ( বোরা অমা পুদুনা চংলকই ) য়াম্না কল্লিদা

চরা হেল্ল হেল্লগা থোইনা কনখরেনা - অসুক য়াম্বা চেংবু পুবা ঙম্বরা ?

*য়ামসে* ঃ নিংথৌ মখোইগী বোরা অসিদি অনি অনি লোনবনিদনা অদুনা তাবদা কাইদবনিদনা - য়াম্না বুদ্ধি তৌনা থবক তৌখ্রেদা সরকারগী থবক অসিদি।

*নিংথৌ* ঃ ইচাশা ! করমতৌবি ? বোরা মশিং কয়া থেংনরে।

*পাখং* ঃ ঐখোইনা বোবা ৩০ দি থেংনরে অদুবু অঙম্বা মফমদা তাবা থরসু য়াও, অদুনা শম্ ওইরবসু খাইদুনা পুরকপা তারে, নুপী ময়ামসু মথং মথং লাক্করে।

*নিংথৌ* ঃ য়াম্না ফবে ইচাশা অবাবা পুম্বা কাওথোক্কবা ওইনা ঐখোই নিপা মখৈ শা তানবা চৎসি, নুপীশিংনা যুমদা নোম্লমসনু। ঙসিদি অচৌবা উৎসব অমা তৌদুনা নুংঙাইনা লেম্থোকসি।

*য়ামসে* ঃ হৌজিক্তি মীকোক খাসিনা - জঙ্গোল অবাপ্পদা চৎপা তারবনি। পাখংশিংদি চেং হোনবা তোকহন্দুনা থুনা চৎনবা তৌবনা ফগনিনা নিংথৌ নপীশিংনা অসুমক হোনজিনসনু, যাম্বাসু য়াম্লক্লে করি হাইবগে ?

*নিংথৌ* ঃ হোইনে, লৈবিঙৈদা উসব-লৈত্রগা পুমকোক।

*য়ামসে* ঃ হৌজিক্না সরকারদা দরখাস্থ থাবা য়ারে চেং য়াম্মনদে খরা হাপ্পিয়ু হাইনা।

*নিংথৌ* ঃ পাখং ! নংনা পাখংশিংদি শাতানবা চৎলসি মাগী মাগী খুৎলাই পাইদুনা লাকউ হাইয়ু অৱাৎপা খরা অদু নুপীশিংনা হোল্লসনু। (পাখং চৎখি। মাইকৈ অমদগী মীয়াম নিল্লি খুৎশু খুৎলাই নোংমৈ পাইবা চংলকই।)

---

# ১বগী ৫শুবা উৎপা

## গার্ল স্কুলগী ক্লাস রুম।

( ওজা অমসুং ছাত্রিশিং ফমলি )

*ওজা* ঃ নখোইগী তম্মিনরম্বী হেলেন্না ঐঙোন্দা এদ্রেশ তৌদুনা চিঠি অমা ইরকই, নখোই ময়ামদসু তাহনবীয়ু হাইরকই। ঐ মসি ইহান হান্না পাথোক্নে, অমুক্তা তাবীয়ু।

## *চিঠি*

*ওজা ইবুংঙো।*

ওজানা চানবীদুনা *"হেলেন নহাক করি তৌরিবগে করিগীদমক অসুক য়াম্না রাখল রাইচিন্না পুক্নিং চংনা খল্লিবা করিনো? অঙাং ওইবগী রাখল থাদোক্নুনা অহলগী পুকচেল অমদি মাইথোং পুরিবা করিগীনো ?"* ওজানা ছাত্র খুদিংবু কুপ্না য়েংশিনবীবা কয়া থৌজাল হৈবগী পুকচেলনো।ঐনা নহাক্কীচানবী হৈবগী পুকচেলবু মতম পুম্বদা থাগৎচৈ, নিংশিংদুনা পুক্নিংগী পোত্থাফম ওইজৈ। মতম অদুদা ঐনা ওজাদা শেংনা তাকথোকহৌদবা অদুগীদমক নুংঙাইজদদুনা চিঠি, অসি ইজরিবনি। হৌজিক ঐ চীংদা য়ুমদোমপোক অমদা ইমা ইপাগা থানা ঐখোই অহুমদমক লৈ; অদুমকপু হৌজিক ফাওবা ঐগী পুক্নিংদি মফম অসি য়ৌরক্ত্রি। ইম্ফালদা ঐখোইগী ক্লাসকী মরূপ-মপাং ওজাশিংগী মনাক্ত অদুমক লৈরি। ঐগী মিংদি ক্লাসকী রোলদা য়াওরমলরোই, নোংমতসু ওজাশিংনা ঐগী মিং কৌবিরম্লরোই। মরূপ-মপাং কনানসু ঐবু নিংশিংবিরমলরোই ওজানা চানবীদুনা ঐগী ক্লাসকী মরূপ-মপাংশিংদা ঐনা মখোইবু খক কাওথোকচবা ঙমজদে ঐনা মখোইবু মতম পুম্বদা নুংশিজৈ হাইনা তম্বীয়ু। খল্লু খল্লুরগা ঐগী থম্মোই পুঙমদে.....................। মফম অসিদা লেপচরগে করিগুম্বা ওজাশিংদগী মরূপ - মপাংশিংদগী চিঠি পাজবা ফংজরবদি ঐনা মরূপ-মপাংশিং অমদি ওজাশিংগা হিংমিন্নরিবনি হাইদুনা পুক্নিংগী অবাবসি পোথানফম ওইজগনি খঙ্গে।

নহাক্কী ছাত্রি
Miss Helen
C/o Churachandpur
Baptist Mission.

*ওজা* ঃ মহাক্কী চিঠি অসি থুনা হনখিসিদনা নখোইনা হাইনিং হায়নিংবা হাইদুনা ইরকউ।

*ময়াম* ঃ ( মথং মথং ) ফনি ফনি, ওজা ফনি।

*১বা ছাত্রি* ঃ ওজা চীংদা মী লৈরিবা অসিবু খুল ওইনা লৈরিবা নত্রা? মহাক্না মতোমতমক লৈ হায়রিবা অসিবু করি ভাবনো।

*ওজা* ঃ হোই- চীংদা খুল ওইনা চাওনা চাওবা তানৈ, অদুমকপু অনৌবা খুল শেমগৎপদদি য়ুম অমতং অনিদংনা তাবা হৌরগা অসুম অসুম চাওখৎলক্তুনা খুন ফারকপা, নৎত্রগা খুল ফাবা ঙমদদুনা অদুমনা অদুম মুৎখিবা?

*১বা* ঃ অদু ওইরবদি ওজা! মখোইনা অনৌবা খুল অমা শেমগত্তুনা পান্নবগী হোৎবগী ভাব ওইবা তারেদনা?

*২শুবা* ঃ ওজা! ট্রাইবেলগী মীশিংবু হৌজিক্তি ঐখোইনা হাওককা হাইবা য়াপোৎ নৎত্রে। লূ-হেনবদা ফিজেৎ চাকচাদা মৈতৈদগীদি মখোইনদুম নোংমা নোংমাগী হেঞ্জিলক্লেনিংই। অদুগীসু মথক্তা হেলেনগী মপাদি অফিসতা থবক তৌবা বাবুনি। মহাক্না করম তৌনা অচম্বা চীংগী মীগুম্না লৌ য়ান্দুনা পানবা ঙমগদৌরিবনো? মফম মরাং খংদে জ্ঞান তাবা ঙমদে, ঐদি হেলেন্দুনা য়েল্লদুনা তৌরিবোই নিংই। অদুগদি লাইরিক্ তম্বা তোক্লবা ওইরম্লেদনা। ওম্থোকপনি নুংঙাইতেদা! করিমতা সেগ - মাইগা তাক্লমদেদা।

*৩শুবা* ঃ ওজা, চুরাচান্দপুর হাইবসিবু কয়ামুক লাপ্পগে?

*ওজা* ঃ চুরাচান্দপুর ইম্ফালদগী মাইল ৩৭।৩৮ লাপই। মোইরাং লমখাইদগী নোংচুপ পাংনা চৎকদবনি।

*১বা* ঃ অদুদি পংলাপ লাপ্পা নত্তেদনা-গাড়ী ওইরবদি হঙ্গৎ-হন্দা চৎপা ঙম্বা মফমনিদনা।

*৩শুবা* ঃ চৎননবা গাড়ী অদুনিনে লুরিববু।

*২শুবা* ঃ গাড়ীবুদি বাইরগা ফংবদুমঙাই। অদুদা মখোইগী অদু তান্না

চৎপা য়ারমগদ্রা নত্তদুনা থিবা ফংদদুনা তোক্কদ্রা অদুগী ৱাতনি।

*১বা* ঃ গাড়ী ৱাইবা ফংলবদি ঐখোইগী টেষ্ট পরিক্ষাসু লোইরে ঐখোই ময়ামসু কাইনদ্রিঙৈদা ওজাহোইগা লোইনদুনা য়ারবদি চৎলুসিদনা।

*২শুবা* ঃ ঐসু য়াম্না চৎনিংই - মখোইগী য়ুমলৈ কৈরে য়ুম্বান খুনবানগী কাইদাসু মুন্না খংনিংই। হেলেন হাইবীদু করম্না পাল্লিবনো য়াম্না উনিংই।

*১বা* ঃ তৌবগীদি মতম য়াম্না চাবা মতমনি পরিক্ষাসু লোইরে। লময়েংবা ওইনা চৎলুবসু ময়াবনি।

*৩শুবা* ঃ মনিপুরগী মরমদি করিসু খংদে করিসু উদে। মমিং মথা ফাওবা খংদবা অরাপ অরাপ্পা লমগী ৱারীতদা কোক ঙাওদুনা লৈগদবগী শরুক মনিপুরগী লমদমশিংগী মওং-মরিন লমিৎ তুমিৎ অদুগা মী কাংবু কাংবুশিং অসিগী মরমদসু কুপনা খংনবা হোৎনবনা চুম্বনি নিংই। থোইনা অনকপা মরি লৈনদবা মীগী মচা চাওখৎপা নুংঙাই য়াইফবশিং অদুগী ৱাখন্ত তৌদদুনা; হিংমিন্নরিবা লৈমিন্নরিবা মশেনগী মরমদসু খন্নদুনা নৈনবসু চুমদ্রনে।

*ওজা* ঃ অচুম্বা অফবা থবক কয়া থবক ওইনা লাইনা পাংথোকপা ঙমদে। ৱাখল তৌরুরিবা হোৎনরুরিবশিং অদুতগী নিংদোন পোন্নবা ওইদুনা তোকই। য়াম্না উইন কনবা মথৌনা মরৌশিং চাওবনা লমচিংদ্রবদি চুমনগী মীচমতনদি পাংথোকপা ঙমদে। চুম্না ক্লাস মনুংদগী ফংবা শিক্ষানা, ইবা পাবা হৈবতনা অথোইবা মখলগী মহে তম্বা নত্তে। উরুবা তারুবা অসিসু থোইদোক্লা দরকার ওইবনি। অদুদা লুরিববু হেলেনখোইগী খুল ফাওবতং চত্তুনা মাগা উন্নরুসি হাইবসিদা হৱাগাড়ী চংই মদুগীদমক শেল খরা চংবা তাই। মতম মাংনা নখোইবু ঙাক শেন্নবা মী চংবা তাই। অসুম তৌদুনা সমাজ অমগী থবক পুবা তারবদি য়াওরিবা

মীশিংগা মোত তিন্নবা চৎমিন্নবা ঙম্বা থবক্কী খুৰ্জী পাইবা হৈবা মীশক, মঙোন্দা চিংনবা লৈতনা আশা পুন্নমক শিন্নবা য়াবা, পুকচেল শেংবা মীনা লমজিংবা ওইবা তাই। ঐখোইগী প্রজাশিংনসু কা হেনজিন্না ইশা ইশাগী ওইজবা থিদবা ময়াম্মক পানমিন্নবা য়ানবা ফজবা পুকচেল চেনবা তাই। অসুম তৌদুনা মশম মশম্নদা অসুম অসুম লুশিল্লক্লি। মতম অদুদা মশিরগে হাইবা মী লৈজদ্রবা, অদুগা চোংথোকচরক্লবা ফাওবদা মতিক ওকপা মতেংপীবিদ্রবদি মথৌনা ওইনা হোৎনজরিবা মীশিং অদুতগী মরান্নই ওইদুনা খোইরাং খোইশাওদুনা নিংদোন পোনদুনতা তোকপা তাই। অদুদগীদি মানা মানা থোকপা ঐদা শিদ্রগা লোইরে হাইদুনা চৎনখিবা হেক মতাবনি। ঐখোইনা ময়ামগী ওইবা লৈবাক্কী ওইবা থবক তৌগে হাইরবদি তৌগদৌরিবা থবক অদুগী মনুংমপাল ফাওনা খংনবা হোৎনদনা খৌরীদগী থোকপা ৱাহৈ খরা লাও খোংবা-ঙহাক ঙহাক্কী নিংঙক নিংঙকপা খর তৌবনদি ওইরোই। ঐখোইনা খংজিনগদবা তানশিনগদবা ইশাগী চাওখৎনবা হোৎনবা চুং-ফিরান চাবা মীথোই-মীহেনবা মীওইনবা হোৎনবা, অসি পুন্নমক্না লোইননা কৎথোকপা হৈবগী পুকচেল তমনবগী খ্বাইদগী মতম চাবা মতমদি অঙাং ওইরিঙৈ অসিদনি। পীনহৈবা অমদি কৎথোকপগী ৱাখল পুন্নমক অসিবু য়াওদ্রবদি লৌশিং, জ্ঞান, পাঙ্গল, লল - থুম পুন্নমক অসি মীবু শুম্বাত্তুনা নৈহত্তুনা পান্নবগী উপায় ওই। মী অতৈ অমদি জাতি অতৈনা ফংবা ঙমদবা অনৌ অনৌবা জ্ঞাননা পুথোকপা পোৎশকশিংনা মী অমদি জাতিশিংগী মপু ওইদুনা পানবা, মীনা পুবা ঙমদবা শেন্দোংনা লৈখা তাদুনা মাংখিনবা হোৎবা মীগী কাংলুপ্পু অচৌবা ওইনা ইকাই খুম্নরী। মীবু কিহন্বা ঙমজদবা মী মরক্তা উশিৎ থৌওইদবা লমচৎ চৎচদবা লৈফম চাফমতং লৈনবা শেৎপা চাবদং ফংনবা হোৎনবা ফাওবতনা মরুওইনা হিংবা মীশিং, কাংবুশিং অমদি জাতিশিংবু চাওখত্তবা নত্রগা চাওখৎত্রিবা হাইনা কৌবিরি। অচম্বা পুন্সি

ওইনা লেঞ্জবা পুকচেলশেংবা মীশিংবু চাওখৎনগদৌরিবনি হাইদুনা মখোই মখোইগী মশা মশাদা য়াওজবা হৈনজরক্লবা অফবা গুণশিংবুদি য়োকখৎপীদ্রদুনা চাওখৎপনি হাইনা চাওথোক্লিবা কাংলুপ অচৌবশিংদা য়াওবা হঙ্গোইনিংঙাই ওইবা, মীওইবগী ওইবা ফজবা গুণশিংবু মাংন্নবা ওইবা পুন্নমক্কা লোইনরবা লমচৎ থৌদৌবু তাবদা নুংঙাইরবা, নিংথিজবা কুয়োন্না য়োন্নবা, ময়াম অদু তম্বীদুনা, হৈন্নহন্দুনা, কাংলুপ অমগা অমগা তিন্নবা য়াদবা তমথিরবা রাখল শন্দোরক্লবগী মরম ওইরি।

১বা : ওজাগী রাশিং অসি তারগা ইমমদুম মমশিল্লকই, লৌশিনবা ঙমজদ্রে। ঐখোইগী অচম্বা রাফমদি হেলেনগী ময়ুমদা চত্তুনা মহাক্কী অরা নুংঙাইরবু খংউবা, মরূপ ওইবগী নুংশিনবা ফোংদোকপা ফাওবতনি।

৩শুবা : ওজা! হৌজিক তাকপিরিবা পুন্নমকসু কোন্না অসুম অসুম মখংলকখিনি। চীংগী মীশিংনা 'হাও' হাইরগা য়ান্না শাওই হাইরি, অদুগা ট্রাইবেল হাইরগা থোইনা পেন্দবা লৈতে। করিবু ট্রাইবেল কৌবগে, মীশিং য়ামদবগীদমক হাইবা ওইরবদি মৈতৈসু ট্রাইবেল ওইফম থোক্রা ?

ওজা : হাইরিবা পুন্নমক অসি নখোইনা এন্থ্রোপোলোজি তম্বা য়াওরবদি থোইনা কুপ্পা খংগনি। হাও হাইবা জাৎ অমা লৈতে। ময়াং হাইবা জাৎ অমা লৈতে। অদুমকপু মীনা পামজদে হাইরবদি তোক্লবা হোৎনবা তাই। তশেংবদি মনিপুরগী চীংগী কাংলুপশিং অসিসু ট্রাইবেল হাইবা থাক অদুদগীদি হেন্না রাংবা য়ুম্বানগী অমদি সভ্যতাগী মীশিংনি নিংই। মখোইগী মরক্তা মতম অসিগী চৎনবা য়ানা মহৈ-মশিং হৈরবা মতিক চাবা মী কয়া লৈ। ট্রাইবেলগী মীশিংনা পুন্নপ পুন্নপা লৈমিন্নরগা নোম্মীরগা নুংঙাই। অদুগা অদুকী মতিক

চাওখৎলক্লগা মতোম মতোমতনা খুজিং ওইদুনা মহাক্কী অপাম্বা কদাইদদা হিংজবনা কাংলুপ কাংলুপ পুন্না হিংমিন্নবদগী হেন্না পান্নরকই। অদুগা অফবা অকুপ্পা থৌশিন্না মরম ওইদুনা খুদোংসু অদুম মচাই। ফরে, হৌজিক ঐখোইনা ব্রামন, মৈতৈ, হাও,ময়াং, পাঙন হাইবসি কাওথোলকসি। মনিপুর ঐখোইগী লৈবাকনি। লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীপুন্নমক ঐখোইগী তৎনা-থানবা য়াদ্রবা মী ঙাক্তনি। ঐখোই পুন্নমক অঙম অঙম্বা উপায় তৌনদুনা মফম অসিদা হিংমিন্নবগী কান্নবা নুংশিনবা মতম পুম্বদা লেংদনা লৈনবা খনসি।

*১,২,৩বা* ঃ ওজা! ওজা য়াম্না নুংঙইজরে।

*৩শুবা* ঃ ঐখোই শোইদনা হেলেনগী মখুন্দা চত্তুনা মহাক্কী মতেং ব্লাহৈতনা ওইরবসু পাংউসি।

*২শুবা* ঃ চিঠি ইবিবদা ঐখোই ময়ামসু ওজগা লোইননা মহাক্কী ময়ুমদা পংথিন থিম্বদনা কোইরক্কনি। হপ্তা অমরোমদদি য়ারবদি য়ুমদগী পংচং চখোকপিরমগনু হাইনা ইবিবা ফৎলোইদ্রা?

*১বা* ঃ ওজা! অদুম হাইনা ইবিখ্রো!

*(ময়াম মরাং মরাং কাইনখি)*

---

## ১বাগী ৬শুবা উৎপা

চীংগী য়ুমদোমপোক।

*বাবু* ঃ কাইনথংদা ঐখোই অহুম অচিকপা চীং অমগী মপু ওইরে। ৱাখলগী মাংওইনরিবা নিংথিজরবা অনৌবা খুঙ্গ অমগী খুনজা ওইরে। ঐহাক হৌজিক কললমনা খুৎলাই ওইবা-চেগী মপৈ মপৈনা কোইশিনবা - চাং নাইনা ফংবা অকক্লনবা শেল খরনা ওকনবা

শিন্দুনা হিংবা বাবু অদু ওইদ্রে। য়োৎ-থাং শীংজংনা খুৎলাই ওইদুনা নোংশি নোংদম্বা ঙমদবা পুন্সি অমদা খোংদাবা হৌরে। ঐনা থবাইনা পামজনা খল্লিবা শিনফম অসিনা হেন্না ওইজবা শিনফম ওইরবদি মীওইনা হিংবগী কয়াদা পেঞ্জবা পুন্সি ওইগবা? পুক্কী মীনাই ওইদুনা পুন্সি লেনগদবগী শরুক নিপা থৌদাং য়েংবনা অথোইবনি নিংদুনা তুং-মাং য়েংদনা অকিবনা থল্লবা মৈরক অসিদা চোংশিল্লে। শেনসু লোইশিল্লক্লে। চানা থরুবসু য়ামশিলক্লে। ওইজ- ওইথক থিদুনা কোইনা চত্তুনা লৈরে থবক্তি অমত্তা পাংশিনবা ঙমলরোই থবক্তি মচিন মৈ মুদ্রি। লম্বু হাইগদ্রা পোৎচৈবু থাগদ্রা - ঈশিং চল্লুনববু হোৎনগদ্রা, পুন্নমক ওইরবসু মঙবদি ময়াদ্রবনি।

*হেলেন* : ঐখোইগী য়ুম লৈরে-ইমুং মনুংগী পোৎ-চৈ ফিরোল লৈরে চান থরুবগীদমক্তদি ইমাগা থানা ঐখোই অহুম তিং তিং লাওবা ঙাক্তনি। নহাক্না নিংলিবা পামলিবা অপুম্বা পাংথোক্নবা শিবমখৈ নোমগনি। করিগী নিংহন্নবা পোক্কদগে। প্রোগ্রাম অমা থাখল তৌরগা শেম্বীয়ু। নুতিগী রুতিন নাইনা চত্থসি। মীওইবনা তৌবঙম্বা খ্বাইদগী অকিবগী মশক ওইবা অবাববু খাংগে হাইদুনা চোংথোক্করুবদা করি অমুক কিনিংঙাই নিংহন্ননিংঙাই লৈবগে?

*বাবু* : ঐগীদমক্তদি হান্না লেপ্তুনা লোইরবনি। ওইরকপা য়াবা পুম্বা মায়োক্নগে লেপবনি। নখোই নমা - নচা অনিগীদমক্তা থাবনি। নখোইগী নতেংতনা পুন্নমক ওইথোক্কদৌরিবনি।

*মমা* : ঐখোইসু অদুমঙাই করিগী কিগদগে।

*বাবু* : অহাংবা লমজাওদা শিংলিবা নুংশিংকী মখোল নত্তনা মীবা মীনিন তাদ্রবা লমদম লমলক্কী উচেক-বায়া শা, ঙাগী মখোন্না অচিকপা অসিবু থুগাইদুনা অমুক হেন্না অকিবগী মশক ওইহল্লি। অমুক্না কল্লক্নফম ওইবা লমখৈ খংদ্রবা অহাংবা লমজাও লম্নক অসিদা ঐনা নিংথৌ ওইরে হরাওজরি। নখোই অনিনা ঐগী

প্রজানি, পাঙ্গলনি, লন্নি, থরাইনি, হকচাংনি। নিংথিজরবা মতা ফরবা চীংগী চীংমাই অসিদা অচৌবা খুঙ্গং অমা শেমগৎকনি। ককথৎ-য়াম্বৎপা নত্তবা শেমগৎ-শাগৎপা থাগৎপদা হিংনবগী উপায় ওইম্বা হোৎনগনি। মীওইবগী ফজবা লমচৎ ৱাখল্লা তুংনফম ওইবা অকি অখং লৈতবা চান্না চিন্ননা অমগা অমগা মতেং ওইনদুনা লৈবা খুঙ্গং ওইহন্নবা হোৎনগনি।

*মমা* ঃ কন্না কন্নানো মী য়াম্না লাকপা উইদা।

*বাবু* ঃ মাং থংলক্লিবা অসিবু য়াইমা নত্রনে? মহাক থবক শুবা হৌরগে হাইদুনা লাকপা ওইরম্বা তাই। মহাক্কী থবক অশুমন পীনিংঙাইবু লৈতে। কররম্না শীন্নগদোইনো খংদ্রে।

*হেলেন* ঃ ও ঃ ঐখোইগী ওজাসু য়াওরি। ইমান্নবা ময়ামসু লাক্লি, য়েংউ ইপা মসি অঙকপা থৌদৌনি। মৈতৈগী লৈশাবীবু অসুক লাপ্লা চখোকহনব্রা? ঐ মখোইবু ওকলুগে, ইমা ফিদা খরা থৌরাং তৌবীরম্মু। হলো - হলো! কয়াদা নুংঙাইখ্রবা মতৌনো (চেম্থোকখি) (মমানা ফিদা ময়াম থাই চংলক্তুনা ফমই।)

*( মমাগা মপাগনা মখুৎ লোন্নৈ ময়ামসু লোন্নৈ)*

*বাবু* ঃ ওজা! লেংশিল্লু ! ইচাশিং পুন্নমক ফম্বীয়ু য়াইমা ফমউ।

*মমা* ঃ ঐখোইদি করিসু লৈজদে ইচাশিং লাকপদি করি পীজনি। পোৎ চৈ পুন্নমক থাগৎলকপদা মঙাইরি, করিসু পান্দ্রি। কৈথেলসু লৈজদে ওম্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রেদা।

*১বা* ঃ য়াম্না নুংঙাইরে ইমা-হেলেন্না না-য়েক্তুনা লৈরম্বা অসিনা হেন্না নুংঙাইরে। হয়েংৱাই অমুকসু কোইরক্কে।

*মমা* ঃ হৈ-রা থারিবা ময়াম অসিনা পাল্লবা কান্দা ইচাশিংগী ননিং থুংনবা চাবা লাকউ। ঙসিদি ৱারী-ৱাতাই শাদুনা ফমমিননবনা পেনবীবা তারে।

১বা ঃ য়াম্না নুংঙাইজরে ইমা।

২শুবা ঃ নহাক্কী চিঠি পারগা ঐখোইনা খম্নবদি য়াম্না চিক্না নুংঙাইতনা লৈরমদবোই নিংই। নহাক্তি হাইনিংঙাই লৈতনা নুংঙাইখ্রবা মওংদা লৈরমইবনিদনা ঐনা নংবু কল্লকই।

হেলেন ঃ ঐঙোন্দা করি কল্লকনিংঙাই য়াওরিবগে?

২শুবা ঃ অসুক নিংথিজবা পুক্নিং ছুবা মফমদা অসুক চংখোম্না শেম শারবা মওংদা নহাক লৈরমগনি হাইবসি ঐনা মংদা ফাওবা মংলমদে। ঐ য়াম্না নুংঙারে, নখোইগী ফাদরগী মরৌশিং মথৌনা থাগৎনফমনি।

৩শুবা ঃ ঐখোইনা অরাপ্পদগী উবদা তনান তনানবা মীরাক মীথুম্বা য়ুম অমতং উজাওনা লুমশিল্লদুনা লৈবা উই। য়ৌনববু চৎপা ঙমগদ্রা ঙম্মোইদ্রা হাইদুনা কিখি। অসুম অসুম নকশিল্লক্লগা ফজবা অসুম হেনগৎক্লই। লেম্লবা উজাওশিং অসিনা চুং-ফিরান চরবা য়ুম অসি শস্ত্রিগুম্না ঙাকলি। লৈনা পরেং পরেং ওইনা শাৎলি। মচু মখল মখলগী ফজবা তোপ্না তোপ্না উৎলি। লফু লতং ময়াম্না নুংশিত্তা জগোই শাবগুম হাইরি। অনৌবা হৈপাল ময়াম অসিনা কোইরে লৈনা চৎনবগুম অনেম অবাং মতুং ইন্না থারি। শন্না হাইরবদা মসি অঙকপনি মংগুম্বনি। তেল্লবা মতম খরদংগী মনুংদা তৌরমলিবা অসি অকিবা ফংলবা থবকনি।

১বা ঃ পাল্লিবা য়ুম্বান অসি ওহ্মোক্না মথং মনাও নাইখ্রে য়েংউবদা মফম মরাং খংদবা চীংনবা অমত্তা উদে। মনিং ওন্দুনা য়েংলে চীংগী চীংমক্তা ইমম মমনা শন্দোকখ্রী। মমাং ওন্দুনা য়েংলে তাম্লবা তম্পাক অমনা তনৌ তনৌনা শন্দোকখ্রে। চীং - তম অনিবু অমতা ওইনা শম্নবা মনিপুরগী দৃশ্যগী ফজবগী শক্তম অসিগী মপু ওইরিবী হেলেন্ হাইবী লাইবক ফবী কয়াদা নুংঙাইজরিগবা ?

২শুবা ঃ লম্মিৎ তুমিৎ য়েংদুনা খোংঙাই খুদা ফবা মফমদা য়ুমফম ওইদুনা কারন কায়াৎ লাইগুরুগী চৎনবী মওংদা য়াম্না

চংখোন্না শারম্বা তাই। মফম অসিদা য়ৌবদা পুক্লিংদা য়াম্না শান্তি ওইবা মওং অমা ফাওই। থাইনগী মুনি ঋষিশিংগী তপোবন হাইবদু অসিগুম্বা য়ুমলৈ অসি ওইরমগদ্রা খল্লি।

*হেলেন* ঃ ঐখোইগী তুমিৎ য়ুবান্না থল্লবা, মীরক্তগী তোঙান্না লৈরবা, করি ওইরক্কদগে খংদ্রবা ফীবম্মু মরুপশিংনা ওম্ভোকনা থাগৎপিরে।

*২শুবা* ঃ মফম অসিদা য়াম্না থুনা মীনা ইরিক ইরা থন্না চীক্লা চাইনবা চন্দনা পাল্লখিগনি। অচিকপা ফীবম অসিদা মতম কুইনা লৈগনি হাইবা থাজদে।

*বাবু* ঃ ঐখোইনা ফীবম চাদ্রিঙৈ অসিদা ইচাশিং ময়াম্না লাক্তুনা ঐখোইবু পুক্লিং থৌগৎপিরিবা অসি করিনা লম্মন শিংগনি। নখোইদি চুম্না লম য়েংবা ওইনা কোইরকপা ওইরম্বসু য়াই-অদুমকপু নখোই ময়াম্না লাকপিদুনা ৱারি ৱাতাই খরা শাবিরবা অসিদা ওম্ভোক্লা জীবা চাওখৎখ্রে। অনৌবা পাঙ্গল হাপ্পিবা ওইনা থোকলে।

*মমা* ঃ ইচাশা ! নখোইবু পংথেং থেংখিগনি, য়ুমদা থৱাই ৱানরমলগনি।

*১+২বা* ঃ ইমা, ইমা !

*ওজা* ঃ লাইরিক্তি য়াম্না ফর ফরবা ঙাক্ত লৈবিখ্রেদা শেল য়াম্না চংবিররিনি।

*বাবু* ঃ হোই অঙম অঙম্বা খরসু ঐনা লৈশিনজৈ অদুগা মিশনগী কাংবুনসু খর মপাংবীরকই।

*ওজা* ঃ থিয়োলোজিগী লাইরিকশিং অসি ওইরবরা ?

*বাবু* ঃ লোইনবা ইপি মপিরকই। ঐনা পামই হাইবা খংদুনা এগ্রিকলচর সোসিয়োলোজিগী লাইরিকশিংসু পুবিরকই অদুগা নৈনবসু অদুম নৈনবীরমই।

*ওজা* ঃ হৌজিক করি পাইখৎপিগে খনবীরিবা ?

*বাবু* ঃ হোয় ওজা অহানবদা লৌরি ঈথিং শেমদুনা খরা ফৌদেম মান্নবা লমশিংদা ঈশিং লৌ শেমনবা হোৎনজগে।

*ওজা* ঃ হোয়, মসি চীংগী মীশিংগীদমক য়াম্না ফবা খুদম ওইগনি। থবক ওইনা উহনবতনা অথোইবা শিক্ষ্যানি হাইরি।

*বাবু* ঃ ইরোই অমা তৌরগা য়াইমনা খোইববু হৌরবনি। মতেক খরদি শোম থাবা থুংলবনি।

*ওজা* ঃ চীংমাই অসি তকখাইবীবা তারিনে-য়াম্না নুংঙাইবা বাহাদুরগী বানি।

*য়াইমা* ঃ হোয় অসুম তিন্নখিবদগী থাদোক্লবা ইঙম ঙমজদ্রে তৌ-তৌ হাইবদা হেক্তা ইন্দুনা লৈজরে। চীংদা লৈ হাইবদনি মখোইগী ইমুং অসিদি ওষ্ঠোক্না লমচৎ ব্যবহার খংখ্রে,মীয়োক মীচান ফজখ্রে। মখোইগা থাদোক্লবা ইঙম ঙমদদুনা য়ুম থাদোক্লমদুনা অমুক হেক মচেল্লকই, য়ুমদা অমুক হেক মহল্লি মতম মাংবনসু লোইরে।

*বাবু* ঃ ঐদি থাঙ্গেশেংনা হোংলকও হাইরবনি অদুবু মাদি চীংদা শিবা কি হাইয়ে।

*ওজা* ঃ ইবোইনা চীংগী চীংলাইবক্তা চীংচেপ্তা শম্পোৎ খোইবসি য়াম্না থৌনা ফবা থবকনি। অদুগসু কিগনব্রনে?

*য়াইমা* ঃ থোইনা কিবগী নৎচদে, অঙাংনুবী পুরক্লুনা পুমহোং, হেক হোংক্লপমক্তি বাবু কদাইনো খনবতনি। বাবুনদি মাগা শাগোন্নদুনা লৈবনা পামইবা।

*ওজা* ঃ লমদাদি লোইরোই ঙম্বা ওইনা মতৌই। অদুবু ঈশিং লৌ শেম্বা য়াগদ্রনে। ঈশিংনা কদাইদগী ফংগনি।

*য়াইমা* ঃ ঈশিংদি মথক অসিদা খরদি লাপই। পন থিংগৎলগা য়াদ্রা হাইনা খন্নবা লোক অমা চেল্লি। লৌখোং হন্দুনা ঈশিং অসি য়ৌনা পুরকপা অসিনিসে খরা বাবা থবক ওইগদ্রা খন্নরিবা। লৈহাও য়াওবা লৈমাইগী লৈরোল অসিদি কয়াদি লুদে অদুবু অমক্তং তেমথ-বাইথদুনা ঈশিং ইচা মান্ন মান্নবা য়েংদুনা তেমথখ্রবদি চান্নবা লৌবুক চারোন শুরোন ফাওবা চৎনবা য়াগদ্রা নিংজে। ঐখোইগী বাবু খোইদি অচম্বা মী নম্তে। তৌদুনা য়েংইবা

চত্তুনা য়েংহৈবা, য়েংগদবমখে য়েংলগা শোইররোই হাইদুনা তৌরকইবনি। লৌউবগী মরমদদি মহাক পণ্ডিতনি। অরাইবা বাবু নত্তে।

*ওজা* ঃ হৌজিক তৌবিগে নিংবিরিবা অসিবু করি করিনো?

*বাবু* ঃ ইহান হানবদা কুমিং অসি তোক্তুনা তম্পাক লৌগুম ঈশিং লৌ শেমজগে। মসি ট্রাইবেলগী মীশিংদা পামহনবা ঙম্লবদি কোইহোং হোংদুনা লৌউবা অসি তোকপদা নত্তনা খুল খুলশিং অসি কোইহোং হোংবা তোক্তুনা লৈতানা পানবা য়াগনি। অসিগী মতুংদা লৌউবগা লোইনবা নত্রগা মরন্নাই লেপচবা ঙম্বা অতোপ অতোপ্পা শিনফম মচা মচা অমুক হৌদোক্তুনা হেন্না ওইজবা অমদি পামজবা শিনফম্না শেল-থুম তান্নবগী খুদোং চাবা অমুক হেনগৎম্নবা হোৎনজগে। ফোরেষ্ট অসিসু মৈ থাদোক্তুনা লোইদ্রিঙৈদা কলহৌবা ঙম্লবদি তুংগী আশা কয়া লৈরি নিংঙ্জে।

*ওজা* ঃ হোয়, হৌজিক হোৎনগদবা অসি কম্যুনিটি অমবু পুন্না পুন্না ফগৎহন্নবনি। তলব চানবা, মী খরগীদমক থবক ফংনবা হোৎনবা, লাইরিক লেমনা তম্বীবা মসি ফাওবতনদি কম্যুনিটি অমবু শোইদনা চাওখৎহনবা য়ারোই। শিনফম কয়াগী তাংজফম ওইবা জঙ্গলশিংসি লোইনা মৈ থাদোকখ্রো চীংমাইশিংসিদি মরু কোকললবা ফিজেৎ লৈতেং য়াওদ্রবা মীগুমখ্রে।

*বাবু* ঃ হোয় ওজা লাইনা শেমম্বা য়ান্দুনা লোইখ্রবা মফমশিংসি মীনা অমুক থাগৎপা হাইবদুনি। নৎত্রদি তমসু চীংসু লৈবাক লৈহাও লৈতদুনা চানবা লৈতবগী অৱাবা অসি অসুম অসুম হেনজিল্লকপা তারবনি।

*ওজা* ঃ হোয় - থবক পুন্নমক অসি অমগা অমগা মরি লৈনবা ঙাক্তনি। তোঙান তোঙানবা ওইনা লৌদুনা তোঙান তোঙান শেমগৎপা য়ারোই।

*বাবু* ঃ ৱাংখৎখিবা লমশিং অসিদা কাব্রংচাকসু খরা থাজগে, ৱাংদা

বাংখ্রবা মফমদনা উয়োক শেমজগে অদু নত্রবদি কংমন্দুনা লৈহাও লৈবা বাংকনি, অদুগা নুংশিংনসু খাংবা ঙমলোই।

*ওজা* : হোয় - থৌনা ফবগী থবকনি। হাইরিবা পুম্বসি ওঙ্থোক্লা শেল চংবা মতম চংবা ঙাক্তনি।

*বাবু* : হোয় -শেল-থুমগী উপায়দি সরকারনা পাংবিরবদি থবক অসি খুদোং চানা চখবা য়াগনি। তৌবগীদি শিরবসু অদুমঙাইরে হাইদুনা মচোংথোকচরক্রবনি।

*ওজা* : হোয় - লাইবক ফবনি মনিপুরনা নংগুম্বা থৌনাফবা মী অমা ফংজবসে, চীংদগী পাখংশিংনো লাইরিক লাইসু হৈরগা বাবু ওইগনি ইম্ফালদা লৈগনি হায়রবা অসিঙাক্তা ওইনা তৌই। নহাক্কী থবক অসিদা ঐখোইনা করি পাংবা ঙমগদগে খংদে।

*বাবু* : ঙহাক মতম মাংবীদুনা অসুক বানা লাক্তুনা নুংশিবা ফোংদোকপিররিবা অসি য়াম্না মমল য়ামখ্রবা উপায়নি।

*১বা* : ওজা ! ঐখোই অমুক হন্নসিরা, গাড়িদা লৈহৌবা কাংবু অদু পংবা বানা ভাইরমলগদ্রা ?

*বাবু* : ফরে ফরে, ইম্ফাল য়ৌবদদি য়াম্না থেংলুরনি।

*হেলেন* : ওজাসু, ঐগী মরূপ-মপাং পুন্নমকসু ঐখোয়গী ভিজিতর্স বুক্তা ইবিরমউ। য়ুমগী এড্রেশ য়াওনা য়াওনা ইবিরমউ।

*ওজা* : পুকচেল চাওরবী হেলেন নহাক্কী বাখল চাওবা, ইপাগা ইমাগা লোইননা পামলিবা অবাংবা আশাবু মপুং ফানা পাংথোক্তুনা মনিপুরগী লাইবক ফবা পুরকপা ওম্বা ঈশ্বরনা পীনবীসনু।

*১বা* : চান্নবী নহাক্লা চীংলৈবক্কী মবেম্মা ওইসনু। মতম পুম্বদা ঈশ্বরনা নংগী মঙ্গল পীনবীসনু।

*২শুবা* :

লোইবী চীংমাইদা শাৎচবী ;
হেলেন লৈরাং নিংথিবী,
বাকচিংগী উল্লা খুইগনু
কালেন নুংশাদা কঙগনু

অশিং অৱাঙ্বাদা কেনগনু
*ইঙাগী নোংদসু পৎকনু*
*নংগী লৈনম নুংশিবা*
*চীংবুরোই তম্বুরোইদা য়েন্নমখো।*

*৩শুবা* ঃ মপুগী শিনশংদা শিন্দমলিবী,
মতমগী তেমথেং খাংলিবী -
চীংবুরোই নিংঙোল চংখোনবী
চান্নবী হেলেন ইতারোই।
লোইবী চীংজাও নাপোমদা
ফুদোংলবা শরৎকী থাবন্দা
থম্মোইনা ইথক হৌবদা
শকচবা নুংশি শৈহেকনা
তাইবং পুক্লিং শুমহৎলু।
নুংশি য়াবা খোঙ্জেন্না
চীংবুরোই তম্বুরোই অনিবু
চান্না পরৈনা পুন্দুনা
মতমগী থৌগাই ইনবদা
থানদ্রবা খোংবু ওইহল্লু।

*হেলেন* ঃ নস্তে নস্তে চান্নবী মরূপলোই, নখোইনা থাগৎপিবগী বাহৈশিংসি ঐগী ইতিক ইপা ওইজদে। নখোইগী চানবীহৈবা বাহৈশিং অসিনা ঐবু অৱা-নুশি য়ান্নহনবীরে। থমোইদা নুংশি ওমলাং-চাংহল্লে।

*১বা* ঃ হেলেন। হৌজিক ঐখোই চৎলগে, ঐখোইদি করিসু পাঙ্গল লৈজদ্রবী ঙাক্তনি। নংগীদমক মশক নাইবা অমত্তসু পাংবা ঙমদে। য়েংউ ঐখোইগী স্কুলগী ইউনিফোর্ম হংগাম মপাল মচুগী ফনেক, অদুগা অতিয়া মচুগী মোইরাংফি মপাল চনবা

ইন্নফিনা ওইরি। ঐখোই ময়ামনা স্কুলগী ইউনিফোর্ম অসি নংঙোন্দা পীজরি। নহাক্কা লাইরিক লাইশু পাদুনা পোখবা মতমদা মসি শেৎ ইন্দুনা ঐখোই ময়াম্বু অদুগা স্কুলগী পুক্লিবু নিংশিংবীয়ু হাইদুনা পিজরিবনি। য়ন্না ফবা মমল নাইবা পোৎনি হাইদুনা পুরকপা নৎচদে।

২শুবা ঃ ঐখোইদি চুম্নগী স্কুলগী লাইরিক লাইসু তমলিবী ঙাক্তনি। নহাক্তি প্রকৃতিগী বিশ্ববিদ্যালয়দা মীওইববু অমত্তা ওইবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা নুংশিহৈবগী স্কুলদা তলিবীনি। ঐখোইগী নুংশি খুদোলসি লৌবিয়ু। *(পি-হেলেন্না য়ানা লৌই)*

*হেলেন* ঃ হৌনবা খংলবী, মীনুংশি চাওরবী, পীনহৈবীশিংগী তুংনফম ওইরবী মৈতৈ তম্পাক মতম খুদিংদা পৃথিবী অসিগী সভ্যতাগী লৈকোন ওইদুনা লৈহৌরগদবনি।

*(ময়াম কোম্নে কপমিন্নে)*

**ঙাইহাক্তং পোখাবিসি।।**

## ২শুবাগী ১বা উৎপা

চীংদোং অমদা থবক শুরম্বদগী লে ুনা লৈরম্মী।

*বাবু* ঃ বাকনবু শিরে - ঙহাক্তংদুম পোথাখিসি।

*(ফমথৈ, হেলেন, মমা চংলক্লুনা ফমলৈ)*

*মমা* ঃ নুমিৎ অসিসু থেংবু থেংলে, য়ুমদা ্রবা তৌরসি। য়ুমদা য়ৌবদা থেংমন্দুনা চাফম থকফম খ দদুনা নুংঙাইতে অয়ুকসু নোং হেক ঙানবদা মথোকলকই। চরা নামতং চাবা অসিদি খরা চনিং তানা চ ফম ফানা চাদ্রবদি ফচাংবু য়াম্না শোকপা তারে।

*বাবু* ঃ ঙাইহাক্তং পোথাদ্রবদি ব্রামন্দুনা লম্বীদা তুবা তারে। হৌজিকসিদা চা-কপ অমতং থকপা ফংলবদি কয়াদা নুংঙাইখ্রগবা হকচাং অসি হেক তেকখৎকদবোই নিংইদা।

*হেলেন* ঃ অপা! চাদি মংগুম্বা ওইখ্রেদনা, ঐ হয়িৎ অমুনবা চাবা য়ারবা য়াওবরা য়েংউগে ঙহাক্তং ঙাইবিরমউ।

*বাবু* ঃ হৌজিক্তি অমুনবা অশংবা হাওতবা লৈররোইদা। ইচাসিদি নংনবু কদাইদগী হেকউবা ঙমগদগে।

*হেলেন* ঃ ঐখোইনা নুংনা পন থিংগৎপা মফম অদুদগী খরা চৎখৎলগা লোক্তা হাইথদুনা য়াম্না হৌরি।

*মমা* ঃ নতোমতা চৎখ্রনুদা, নংনা কয়া কল-হৈদুনা।

*(হৌগৎতুনা চৎকে তৌই)*

*হেলেন* ঃ য়ানিয়ে - য়ানিয়ে, ইমা পোথারমও! ঐ থুনা য়ৌরক্কে।

*(মমাগী মনাক্তা য়োৎ থনম্লগা চৎখি।)*

*মমা* ঃ অসি য়ৌনা বারবা ফাওবদা মহাক্লা থৌনা ফবা শাজবা শারি মানা পিজবা হৈয়িৎনা অরাম খৌরাবা পুম্বা কোক্লগদবগুম চেনখ্রি। অকি অখংনা থনবনি হাইবসি খংদে। - হোইদা অকিবা নত্তবা থবকপু করি লৈরি। ঐখোইগী থবক পুন্নমক অকিবা

ঙাক্তা নত্রা? অশুক ঈবাই কনথ্রবা লোকপু ঐখোইগুম্বগী পাঙ্গন্না ইনবা থাংবা ঙম্বা। ঈশিং ইচাও হেক লাকপদা মখোং পান্দুনা চৎখিগদবা, অতাওবা নুং পৈশিন থৈজিন্দুনা থিংগনি হোৎনরি। লোকনুংদা চেনবা ঈশিংবু চীংমাইদা চেলহনগনি হোৎনরি। চরা নামা চারগা চীংবু তেমথোক্কনি হোৎননি। জঙ্গলগী নুংশিৎ লম্মৈ মরক্ত য়ুম্বু নতোমতা শংজরমউ হাইদুনা হুন্দোক্লমইবা থৌনা ফবগী থবক ঙাক্তনি।

*( হেলেন ফিগাওদা হৈয়িৎ পুদুনা লাকই।)*

*বাবু* ঃ ওঃ! য়াম্না থুনা লাকইদনা ইচাদি -।

*হেলেন* ঃ লাইবক ফদুনা অমুনবা য়াওরমই। *(মপা মমাদা য়েংদুনা পী)*

*বাবু* ঃ আইস -! ইচাগী হৈয়িৎ অসিদি ওষ্থোক্লা থুমখ্রেদা। ঐনা পুন্সি অসিদা অসুক থুম্বা হাওবা পোৎ অমত্তগী মহাও নিংশিংদে। নহাকসু চাদুনা য়েংউ।

*হেলেন* ঃ ( নোক্লা ) চা থকপা ফংদবগী অরাবাদু কোকলেদনা?

*বাবু* ঃ চুমই! চা হাইবসিনা মীখুৎ চংলবা মহাওনি। মসিনা পৃথিবীগী মবুক মনুংদা লৈবা মীখুৎ চংদবা মহাওনি। মহৌশানা লৈজবম্বা পোৎশিং অসিদি ঐখোইনা অপাম্বা মতমদা ফংদে। মীখুৎনা অমুক শেমদোক শেমজিন তৌরবা পোৎ নত্তনা মতম মতমগী দরকার ওইরকপদা ফংবা ঙমদে। মহাও পুম্নমক মচু পুম্নমক মঙ্গল,মৈশা, খোঞ্জেল, য়োৎ, সনা-লুপা, হিরা মণিমুক্তা পৃথিবীগী মবুক মনুংদগী পুথোরকপা ঙাক্তনি। তিনশিন্নবা খাইদোক্লবা মশক ওষ্থোক ওনশিন তৌবা হৈরগা ঐখোইনা পোৎশিং অদুদা লৈবা শক্তিগী মপু ওই। শক্তি অদুতনা মরম ওইদুনা মীওইবনা চাওখৎনবা উপায় ওই। ঐখোইগী থবক অসিদি পৃথিবীগী গর্ভ মনুংদা লৈরিবা মৈবু ফাদুনা, ফুট লিশিং লিশিং লুনা হুত্তোক্তুনা মুশুক মুরবা লৈখোমগী ঈচেন ওইদুনা লৈবা থাও খোনিদগী চিংখৎতুনা মথি তাম্থোক্তুনা লিক লিক লাওবা লংত্রিক লংলবা পেট্রোল শুংদোক্কদবা নত্তে। সমুদ্রগী লুরবা

ইনুংদা লুপ্তুনা মুক্তা থিগদবা নত্তে। জ্ঞান বিজ্ঞানগী অকুপ্পা রাখল, পোৎচং অমতা চংবা থবক নত্তে। মীনা তৌঙমদবা অরুবা থবক অমত্তা য়াওদে। ঐখোইনা তৌগদৌ রিবা অসিদি সনা লুপা শুংবা, নুংদগী ধাতু খাইদোকপা নত্তে। য়াম্থোক্লবা কোকথোক্লবা ঙমদবমখৈ মতোমতা হৌগল্লগা লৈহাও লৈবা লৈমাইদা পোৎ থাগদবনি। মহৌশানা হৌজরম্বা, মীনা হেক চংশিনবদি য়াদবা নাপী-শিংবীশিং অসিগী মহুত্তা মীনা চাবা য়াবা মনা-মশিং মহৈ-মরোংনা শিন্দোকপগী থবক ফাওবতনি।

*মমা* ঃ শামুগী মপোৎ ইরোইদা থোনবা হাইদুনা মৈতৈনা হাইনৈদনা নুংগা এরুমগা কাওনরবদি ওইজনিংঙাই লৈতে। মতম ফিভম য়েংদুনা তুং - মাংগী খল্লগা চত্থবগী রানি।

*বাবু* ঃ মীওইবগী পুক্লিংনা পাঙ্গলবু কদাই ফাওবা মথৌ শংবা য়াই শকক কয়া ফাওবা কনখৎহনবা য়াবগে। লানগী মশক ওইরবা পৃথিবী অসিদা হিংবা অসি লোৎপদনা পোম্বাবদনা তাঞ্জা ঙাইবতনা জয ওইবা চাওখৎপা ওইগদ্রা ? কযা কুইনা ওমর ওইদুনা লৈহৌবা ঙমগনি। মৈরী চীংবগী থবক অসিতনি লুরিবা মৈ অদু ফংলবদি পৃথিবী পুম্বা থুংনা থাদোকপসু য়াই, পৃথিবীনা লেংনা খাংহৈবগী মূর্ত্তিনি। মৈ ঈশিং নুংশিৎনা কোইনা চৎপা শক্তি ওই মখোই অহুম লোইদুনা লাও খোংদুনা পৃথিবীবু হনগাইরি থুগাইরি খাংহৈরবী পৃথিবীনা থোইনা থোইনা তনৌ - তনৌবা ফজবা হেনগৎলকই। মাগী মচা লক্ষা লক্ষাসু পিজ পিথক্তুনা নুংঙাইনা লেলহল্লি।

*হেলেন* ঃ ফাদর, জ্ঞান লৈবশিংদি জ্ঞানগী সমুদ্র অদুদা তাওদুনা পৃথিবী অসি থুংনা কোইদুনা ঙমখৈ লৈতবা অহাংবদা কোইপাই পাইদুনা নুংঙাইনা মতম লেনবা ঙমই। মীচমশিংদি মমাংদা তারিবা অৱা নুংঙাইবগী লাং অদুদগী লান্দুনা চৎপা ঙমজদে। থবকশিং অদুগী মনুংদা য়াওরিবা তত্ত্ব অদুদা নুংঙাইবা নত্তে। থবকশিং অদুনা পিবা কান্নবা অদুতনা নুংঙাইবা ওইরি। করম

তৌদুনা নোং অসি তারিবনো কদাইদগী লাকলিবনো নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা করম্না অখাক অরাও লোইনরকলিবনো পম্নমক অসি খন্দুনা কনানসু নুংঙাইবা নত্তে। মখোইনা পুরকপা অকি অখং অবা নুংঙাইবা অদুতনি ৱাখন্দা হকচাংদা ফাওরিবসি।

*মমা* ঃ খংদে তৌগদবসি লোকপু থিংগদ্রা, লৌখোংবু তৌগদ্রা লৌরিবু হাইগৎকদ্রা ? লৌহোম্না কৈদৌঙে হুনগনি মতমনদি ক্রক ক্রক তানশিল্লকই। করিগুম্বা থবক অমত্তং পাংবীনবা জিব অমত্তসু লৈতে। নেকফমসু লৈতে, নেরুবা শেলসু লৈতে। য়াইমা অসিসু কয়া কুইনা শেল ফংদনা শুবিগনি। ঐখোইগী থবক অসি য়াম্না চরক চহিং নাইবা কাংলম খংদ্রবা ওইশিল্লকলে। খল্লুবদা লবাই শাংখ্রে। হিংবা ঙমখিগনি হাইবা থাজশিল্লকক্রে। কুমশিদংদি লম্মৈ থাদোক্লগা য়াইমাবু খোইদোকহল্লগা অঙম্বা মখৈ অমা ঐখোইনা য়োংনা য়াঙ্গরগা চীংফৌ কোক লংশিল্লবদি পংবা ৱাদনা নোংমৈদি থবক পুম্বা পাংথোকপা ঙম্বা য়াবনি। কুমশি অঙম তানবা অসিদা পুম থিজুনা পুনসি তেনবা তারে।

*বাবু* ঃ মপানাৎ মপুনাৎ ওইরবা - হৌনশা ওইনা ঈদা চুপ্লবা লম্মৈ থাদুনা লৌ-উববু ফত্তে হাইদুনা ঐনা কোইশন শন্দোকলি মখোইনা চীংদা লৌ উববু মৈ থাদোক্তুনা লৈহাও কাহল্লগা উবা নত্তনা ঈশিং লৌ ওইনা শেম্বনা লাম্বা তৌবা য়ারোই হাইদুনা লংনরি। ঐনা মখোইগা শিংনদুনা থবক ওইনা উহনগে হায়দুনা ওফিসকী থবক ফাওবা থাদোক্তুনা অসুক ৱানা হিংলরি। ঐখোইসু ঙম্মক্তদুনা মৈ থাদোক্তুনা লৌ উরবদি মখোইনা অঙাওবা লংনবগুম্না লংনৱোইদ্রা। মতুংদা ঐখোইগী ইৱা লৌদুনা মখোইনা করি থবক তৌসি হায়বদা ইনবীগনি। ঐদি শিপ্পবসু অদু মঙাইরে হাইনা লেপ্লে।

*হেলেন* ঃ পামলৌ উববু করিগী অসুক তাথি তাওইনা খল্লিবনো ? চীংদা লৈবা মীনা মসিতনা হিংনরক্লিবনি, হৌজিকসু হিংলিবনি।

*বাবু* ঃ লৌ উবা হাইবসি অরুবা, অবাবা শেল পাঙ্গল য়াম্না চংবা

থানবা য়াদবা থবক্সি। করিগুম্বা খজিত্তং অহোবা অশোইবা য়াওখিবদা হোৎনরুরিবা পুন্নমক শ্বাই নিঙ্খাইদুনা মাংগদবনি। অদুগী মথক্তা অঙম্বা চীংদা লৌ উবনা অমুক হেন্না অরূবা থবক্সি। তাইবং পানবগী সভ্যতাগী য়ুম্ফম অসি লৌউশিং-উবনা ওইরিবনি। অচৌবা তুরেলশিংনা চেনবা লৈহাও চেল্লবা লৈতেম মান্নবা লমদমশিংদা পৃথিবী অসিগী চাওখৎপগী হৌরকফম তুংফম ওইদুনা লৈ। অদুগা চীং হাইবা অসিসু মমল য়াম্লবা ফংঙমদবা পুন্নমক্কী তুংনফম থিফম ওইবা মফমনি। ঐখোইনা ফৌ - চেং খরদং ফংনবগীদমক মমল য়াম্ল য়াম্লবা, উ-ৱা, উরী-ৱারী পুন্নমক তুম্না তুম্না মৈ থাদোকপা অসিনা মমৈদদি তাইবং মীনা লৈবা য়াদ্রবা মরুভূমি ওইহৌগদৌরি। ঐগী হেক লৈ হাইদুনা হৌজিক হৌজিক ঐ ঐগী উপায় ওইনবগীদমক ককথৎপা য়াম্থৎপা মাংহনবদা হালেংদবা তমথিবা ৱাখল অমা মীশিংদা পক্সুনা লৈহৌগনি। ঐখোইনা চীংগী চীংমাইদা চারোন শুরোন ফাওবা লৈতারবা লৌফম শেন্নবগীদমক ঈশিং মতিকচানা তুংহনবা তাই। মৈ থাদোকখ্রবা লৈবাকশিং অসি গ্যাও গ্যাও লাওই। লৈবাকপু ফাজিন্দুনা লৈবম্বা নাপি মরা উরাশিং অদুসু মৈনা চাকথোকখ্রে চীংগী - অঙম্বা লমদমশিংদা তাবা শাফু কনবা নোংনা লৈমাইগী লৈরিক লৈরিকসি চাং য়াম্না চমথোক্লুনা পুখি। অসুম তৌদুনা চহি অহুমগুম্বগী মতুংদদি পোৎচৈ থাবা য়াদ্রে অশিবা লৈবাক ওল্লে। উ ৱা নাপিশিংনা, মরানা ঈশিংবু থিংবিদ্রবনিনা য়াম্না য়াংনা ঈচেল কন্না চেম্থখি। মসিনা পুথখিবা নুংচাক নুংনা লৌবুকশিংবুসু মাংহল্লি। লৈপাক অসিদা মিৎনা উবা ফংদ্রবা কুপ্লবা জীব কয়া লৈ। মখোইনা লৈপাক অসিবু হিংহন্দুনা মতম পুম্বদা লৈহাও কাহন্দুনা থমই। পিল্লবা তিলশিং অসি মৈনা চাকথোকখ্রবা মতমদা লৈপাক অসিনা অমুক হন্না লৈহাও কাজরক্লবা শক্তি অদু ইরৈ লৈখিদ্রে।

*হেলেন* ঃ ফরে ইমা। ঐখোই ৱাবরসু ৱানা চরা নামতং চারগা থবক অসি ওন্নবা চত্থরসি। খরা লৈরিবদি ঐখোইগী চুজাকসু চাবা ময়ারক্লনি।

উনা-ৱানা ফুৎত্তুনা চাবনি খংদে ঐখোয় ঙম্নবা অসুম অঙম তাল্লসি।

*মমা* ঃ য়াইমগী শেল অসিনা খরমখৈ পিদ্রবদি করমনো?

*হেলেন* ঃ ৱারল্ন্নু ইমা পোৎ-চৈ য়োন্দুনা হেক্তা মপিরসি, মনা-মনিল নাইরনুসি। শেল পিবা ঙম্নরোই হাইবা তাবদা তাদা য়াইমা অদুসু থবক শুগদবা কিরনি।

*মমা* ঃ করি য়োন্দুনা পিশিগে, ঐখোইগী য়োন্নিংঙাই অসিবু করিনো, কনানা লাইরিক লৈয়ু হাইবা য়াগনি।

*হেলেন* ঃ ইমা! অতৈ অতৈ য়োবা মতা চাদ্রবসু ঘড়ী অনিসি শোয়দনা য়োনবা শিৎকনি।

*বাবু* ঃ কনাগী নাকোং ৱাই চিলহন্দনা কনাদসু ৱারৈ থাংদনা বনগী শা-ঙা উচেক ৱায়াগুম মতম খর অসি অসুম মখাংলসি। অরৈ অরৈবা থুম মোরোক খরগা থাক্তুনা অসুম মচারসি ঐখোইগী মরি মতা বারি শবন্ধ, মরূপ মপাং লৈ হাইবসি কাওথোকলসি। ইশাগী পাঙ্গল ইথৌনাদা অরদম্বা ভার পুন্নমক পুরসি।

*য়াইমা* ঃ ( চংলকই ) বাবুখোই করিসু থোইদোকপা তৌদেদনা ঐদি য়ুমদা ইতোমতা লৈবা ঙমদ্রদুনা থিরকইবনি।

*বাবু* ঃ করিগীনো, কিবরনে?

*য়াইমা* ঃ কিবগী নত্তে বাবুখোই থেংমল্লবা অদুদা করিগুম্বা মতা চাদবা থোক্রবরা হাইদুনা লৈবা ঙমদ্রবনি।

*বাবু* ঃ ও! - ঐখোই ৱারদুনা পোত্থারমইবনি। কনাসু চৎলসি হাইবা হৌদোকলক্ত্রবদুদা তৌবনি।

*য়াইমা* ঃ বাবুখোইগী ঈশিং চংন্নবা হোৎনবা অসিবু মী অতৈ নেক্ত্রবসু অসুম মঙম্বীগনি থল্লিবরা? ঐসু পাংবা ঙমলোইদৌরি।

লৌহোলগীদমক ঈশিংদি হৌজিক হৌজিক দরকার ওইরবনি। চীংগী লমনিনা লৌ পংথেং থেংবসু য়ারোই নিংই। চীংফৌ ওইনা হুঞ্জিল্লুসি হাইবা বাবুনা য়ানিংদেদো। ঈশিং য়াওদ্রবদি নাপী - শিংবীশিংবু পুমহনবা য়ারোইদৌরি। উকাই শমজেৎ পান্দুনা তেমথ-ৱাইথদুনা শেম্বসু ঈশিং ঙাইবা তারি। লৌরি শাবসু ঈশিং খরা য়াওনা য়েশিন্দুনা শাদ্রবদি ঈশিং চুপথখিবগা লৌরি তাওথোকখিবগা কান্নফম লৈরোই। থবকনা মঙ্গল ওইদ্রবদি ঐগী শেল ফংই হাইবতনদি নুংঙাইবা নত্তে। ঐনা শুরম্বা নোম্লম্বা অদুগী মপান্না বাবুখোইসু নুংঙাইহৌরবদি ঐসু পুক্নিং নুংঙাই। লাইরবনিনা অঙাংনুবী থাক্লবা হোৎনবনিনা, লেম্না ঙাকসু নোমলম্বা ঙমজদেদো। ঐসু থৱাই য়ান্না ৱাশিল্লক্রে।

*বাবু* ঃ য়াইমা অরূবগী অরূবা ঙাক্তা ঙাইশিল্লক্রে। অরূবশিংসি ঐখোই মরিনা ঙম্নবা হোৎনবা তারে। ঐখোইনা থিংগৎলবা পন অসি ঈশিং খরা ময়ুরে। অদুনা থুনা ঈশিং শুগৎহনবা ঙমদ্রে। অরাপ্পদগী নুং হোনগৎপসু ঙমলক্ত্রে। অদুনা ঈশিং অসি নাপখৎপা য়ৌদ্রে। ৱাংনা থিঙ্গৎপা ঙমদ্রবনিনা খরা ৱাখৎপা মফম অমদা অমুক থিংগৎপা তাগদৌরিমাল্লে। অদুগীসু মথক্তা ঐখোইগী খোংলম ককলিবা অসিদি লৈহন্নিনা ঈশিংসু খরা খরা চুপশিল্লবা তাই , অদুনা ঐখোইগী লৌফম অদু য়ৌনা ঈশিং পাক হেক য়ৌহনবসু ৱান থোক্লনি। করম তৌসি হাইবগে? ঐখোইনা ঈশিং চানবা ইফুৎ মচা অদুদগী ঈশিং অসি লফু তুংগাগুম্বদা য়াদুনা থোংয়ান শেমদুনা পুবা ঙমগদ্রা, হৌজিক হৌজিক্কী লৌহোল-হুনফম শেম্বা ওক্কদ্রা? থ বক পুম্বা খরা খুৎলৈ থুনা শরৈ কম্না নোমদ্রবদি ইনং নংলোইদৌরি।

*য়াইমা* ঃ হোই, য়াদ-য়াদ্রবদি অদুম হাইনা লাইবক য়েংবা তারকলি। লাইরবনা সুম পুখহৌবা ইনাকখুনবনা মতোন ওইখিবা ৱাহৈসু মথক মথংখিবা। থৌদৌমতা অমুক্তং চাখিদবদা ফুকৎনবা লুখ্রে। তুংগা য়ান্দুনা থোংলান শেম্বা তারে। অদুগা পনগী মতাং অদুদা পম্ফুং ২শুনা থিংবা অসিদি ঈশিং ঈৱাই ঙাকপদা

থোইনদুম কাম্নবা হেনগদ্রা খল্লি।

*বাবু* ঃ ফৈ নোংমা চৎলগা খন্নসি। য়াইমা চেনখিবদি য়াদেদো লৈবাক মমাংদা চাং তানবা থবক্তি তৌনবা য়াদে।

*য়াইমা* ঃ খংদে, ঐনা চেনবরা বাবুনা চেনবরা?

*বাবু* ঃ ঙা ফাবদি হৈবরা? নোংমা লোক অসি ঈশিং ইরৎলগা ঙা ফাসি অচৌবদি নত্তে, ঙাবা মচা মচাদি য়াম্না লৈখ্রে। লোক্কী ঙা অসিদি উহৈ-ৱাহৈ চাবা ঙানিনা হাওবা য়ামনা হেল্লি। পাৎকী ঙাদি ঈশিং অনৈবদা লৈবনিনা লৈহিং নমই হাওতে। চেং লৈত্রবনিনা ঙা অমুক চাবা তারে করি হাইগে? চানিংঙাই লৈতবা মীনা হারোই হারোই কোইপু পুদুনা লৌউবসিদি মীনাই ওইগদবতনি।

*য়াইমা* ঃ হোৎনগদবনি বাবু, চেনবাক ফাওবা চাদুনা হোৎনগদবনি। ঐখোই লাইরববু ইনাকখুনবনা তল্লি, মতন তন্দুনা তৌরিবনি হাইরিবদুনি - লৌ-উবা হাইবসি গতি লৈতবদগী উবনি।

*বাবু* ঃ ফরে, ঐখোই অমুক য়ুমদা হল্লসি. মশা মথন্তগী মতিক মথৌনা হাত্তোক্তুনা, অৱাবা অকিবা ৱাখল ময়াম্না নিংদোল চেংখুম চেংগানহন্দুনা থম্মোইগী লাইনা ওইহল্লি। শিবা নুমিত্তা শিরে মীবু কয়া কুইনা হিংদুনা লৈগদগে।

*( ময়াম চৎকদবগী হৌগৎপদা )*

*" মৈ মুৎপা "*

# ২শুবাগী ২শুবা উৎপা

চীংথক্তা য়ুম অমা নুংদাংবাই।

*নিংথৌ* ঃ মহাক্লা তৌরিবসি য়াম্না অরানবা থবক অমনি। ঐখোইগী মফম অসিদা লৈগে হাইবা ফাওবা হাইদনা মনিংতম্না খুল শেম্বা লাকপা অসিদি য়াম্না চুমদবা থবকনি। মহাক নিংথিনা হোংখো হাইবা য়াদ্রবদি ময়ুম মৈ থাদুনা তানবা তাই। করিগী মৈতে নুপা কৌদুনা ঐখোইগী লম্বু পিথোকনি মহাক খম্বা শুকয়া য়াদে।

*ময়াম* ঃ ফৈ, নিংথৌ ফৈ ঙসিমক তাম্থোক্কদবনি।

*১বা* ঃ মহাক লোৎখ্রমাগ্লে হনবু হঞ্জিলক্রে।

*২শুবা* ঃ মৈতে নুপা অদুসু লোৎখ্রমাগ্লে।

*১বা* ঃ মহাক্তি হাও বাবু অদুগী লৌফাৎ ওইনা নেকপনি হাইদা ।

*২ শুবা* ঃ অদু হাইদ্রবদি করি হাইগনি। মমা উরোইদ্রা।

*নিংথৌ* ঃ ঐখোইবু হল্লসিরা মা ঙাইদুনা লৈথোকলগা হনবা মমাখবা তারে। হয়েং ওইনা লাকলসিরা?

*১বা* ঃ কনা কনানো অমা অনি লাকলি মখোই অসি ওইরমগদ্রা।

*২শুবা* ঃ মখোই অসিদি মান্দে, কনা কনানো।

*( য়ামসে - পাওখোথং চংলকই )*

*য়ামসে* ঃ ঐখোই খুল্লালবনি য়ুমথুংফম থিবা লাকপনি নখোই মপুরা? মথংগী খুল অসি য়ৌনা চৎপা ঙমদ্রে থেংমনবা তারে।

*নিংথৌ* ঃ মপু হল্লক্তেনে। ঐখোইসু মপু হল্লকপা ঙাইরম্বনি।

*য়ামসে* ঃ নখোই ময়ামসু লেক্কদব্রা?

*নিংথৌ* ঃ লেকপা নত্তে য়ুম তাম্থোকপা লাকপনি। নখোইগী লেকফম

লৈরোইদা মথক্কী খুন্দা চৎসি।

*য়ামসে* : করিগীনো নখোই থানাগী থবকসু তৌবরা? মসিবু সরকারগী আইন য়ৌদবা লমলা?

*নিংথৌ* : সরকারগী করি মথৌ লৈগনি। ঐগী খুনগী সিমানাদা মীনা নমদুনা লৈরবদি ঐনা তাম্হোক্কদবনি।

*য়ামসে* : তাম্হোকপা য়াদ্রবদি?

*নিংথৌ* : য়াদ্রগা মথবাই মাংওইদ্রা? ঐখোই অসুক য়াম্বু মা মথন্তনা ঙমগদ্রা

*য়ামসে* : পাঙ্গল কনবা খুৎকন পাঙনবা মীনা মতু শোনববু তুহৎপিবা মিপাইহনবা ফজদবা মতৌনি। য়ুম শাববু ফাগিরা। নোংমদা লোইবা য়াবরা?

*১বা* : লাকত্র লাকত্র! মখোই অসি লাকত্র!

*বাবু* : ( মরি মরি চংলক্তুনা ) কনা কনানো?

*ময়াম* : ঐখোইনি ঐখোইনি।

*নিংথৌ* : য়ুম অসি নহাক্কীরা?

*বাবু* : মান্নি মান্নি।

*নিংথৌ* : মসিদা মৈতৈ নুপা থাজিন্দুনা লৌ উহল্লিবা অসিবু নংনেনি হাইবা চুম্বরা?

*বাবু* : চুমই। ঐনা নেক্তুনা উহনবনি।

*নিংথৌ* : মথক অসিদা পাল্লিবা খুল অসি নং খংবরা?

*বাবু* : করিগী খংদনি।

*নিংথৌ* : খুল অসিগী নিংথৌনি ঐ। নহাক্না য়ুমশাগে লৈগে হাইরবদি ঐঙোন্দা তাক্কদবনি। লৌশিং উবসু, পোথাবা, মতু কোকপসু লৌথোং তৌরবসু নহনা কুপ্নদা পংতৌ তৌবা য়াবা নত্তে।

ঐনা হাইরিবা অসিনি - নংনা ঙসি ঙমদ্রবসু হয়েংদগী হোংখিগদবনি, নৎত্রবদি খুল চংদুনা নয়ুম শিদোক্কনি, মৈ থাদোক্কনি। অদু তাকপিগে হায়দুনা অথেংবা ফাওবা ঙাইবীরম্বনি।

*বাবু* ঃ নিংথৌ! নংগী ৱাসিদি য়াম্না নুংঙাইতবা ৱারৈ চেনবা থবকনিনা করমনো? ঐনা অসুক য়াম্বা আশা তৌরুরিবা অসিদি ইশা ইথন্তা শিজগে হাইদুনা লাংথাকপা তাররা।

*য়ামসে* ঃ নিংথৌ ওইরগা খুনজাগীদমক শিগেদি হাইদ্রদুনা মীগী মীকপ মীরাওখোন তানবা মী শিনবা ৱাবু ঙাংবা হৌনব্রা?

*নিংথৌ* ঃ নংনা খংবদি খংদনা কদাইদগী ঙাংলক্লিবনো?

*য়ামসে* ঃ করিগী খংদগনি। নহাক্কী লম ওইরগসু লৌবা হৌনবা লম্বান পীদবা য়াদে হাইরগা লোইরে। করিগী মীগী ময়ুম মৈ থাদুনা হাৎকনি। অদুগুম্বা তমঘিবা ৱাবু নিংথৌনা ঙাংবা হৌনবরা?

*পাওখোথং* ঃ য়ামসে ঙাইখোদা বাবু অসিগী ৱাবু তাখি। বাবু! নহাক্না করিগীদমক মীগী লমদা নমদুনা য়ুম শাজিল্লিবনো?

*বাবু* ঃ য়ামসে হাইবদি থাইনগী পার্বুংগী অদুরা?

*য়ামসে* ঃ- হো! মানি মানি বাবু! বাবুগী ৱাসু হাইয়ু ঐখোইসু তাসি।

*বাবু* ঃ নখোইগী খুন্দা চাক তাংবগীদমক সরকারনা থাদুনা লাক্লম্বা অদুদগী ঐনা চীংদা লৈদুনা লৌশিং উবগী মরমদা চাওখৎনবগীদমক ঐনা হেক ঙম্বামখৈ নোম্লগে. লাইরিক লাইশুদগী থেংনদুনা ঐনা খংবা, অখাংবা মীনা তাকপী তম্বীবা ঐনা কুপ্না নৈনদুনা হোৎনবদগী থেংনবা পুম্নমক মীশিংদা তাক্কুনা উহন্দুনা চীংদা লৈবা মীশিংগী য়াইফ নুংঙাইবা পুরকনবগীদমক নোমলুরগে হাইনা নিংদুনা ঐনা ওফিসকী বাবু ওইবা তোকথোকলে।

*পাওখোথং* ঃ অং! হৌজিক বাবু নহাক থবক তোক্লবা। ঐনা তোক্কনু

হাইরগা অহনগী মথা লৌদেদা।

*বাবু* ঃ ঐনা থবক হেক তোকপগা সরকারদা লম মচেৎ অমতং ঐনা তৌগে নিংলিবা থবকশিং অসিগী চাংয়েংফম ওইনবা পীবিয়ু হাইদুনা দরখাস্ত থাজবদা সরকারগী বাবু S.D.O. সাহেবনা মফম অসিদা য়াগনি হাইদুনা পীবিরে। অদুদগী ঐগী লৈজবা শেল পুম্নমক পাঙল মতম য়াম্না চংনা শেমগৎপা হৌরিবনি। অদুবু নিংথৌনদি মহাক্কী লমনি হৌজিক চথোক্তবা য়াদে হাইরি। ঐনা য়ুম শাদরিঙেদা ওইরবদি অতোপ্পা মফম অমদা চৎনবগী খুদোংচাবা লৈরমই, হৌজিক্তি ঐঙোন্দা হোৎনবগী উপায় লৈতে। নিংথৌগা কেশ লেপ্নদুনা লৈরো কাথোক্কা কাশিনত তৌদুনা লৈরিঙেদা থবক অমত্তা পাংথোক হৌবা ঙম্লোইদৌরি। অরেম্বদা পুল্সি হৌথিগদৌরি ঐগী বা হাইবু অসি মথেতনি।

*পাওখোথং* ঃ অদুগী করিসু বাগনু ঐগী খুলদা নংনা হেক ঙম্বা মথে লমসু শিজিম্নবা য়াগনি, য়ুমসু খুল চংদুনা শাবিগনি। চহি অমগী চানবসু ঐখোইগী খুলনা লেং পুনদুনা হনবিগনি।

*বাবু* ঃ বা অসি তাবদা য়াম্না নুংঙাই, থবাই চাওহনবা বানি। ঐগী থবক অসিতনা নমুনা ওইনা উৎপগী বাতনি। ঐনা তৌরিবা অসিগুম্বা খুল পুম্নমক চথরগা অবাং - অপা লৈতবা লমদম ওইহনবা য়াগনি হাইনা থাজবা অসি ঐনা ঙাংবতনদি ওইরোই দৌরে নিংদুনা চোংথোক্লবা হোৎনবতনি। পান মংগ্রা ফৌ চেং থাবতা নত্তনা মমল য়ামলবা হৈ-রা থাদুনা শিনফম কয়াগী মচাক মউ বাৎহনদদুনা লমচৎ নাইবা ফজবা পুম্বগী তুংনফম ওইবা অবাংবা সমাজ ওইহন্নিংই।

*নিংথৌ* ঃ অদু অদা থংদে নংগী লম সরকারনা পি হাইবদো চুম্বা হংনরগা তৌনিংবা মথে তৌরু অদুগা ঐগীদি ঐগী লম অসিদা নহাক্না ননিং তৌনা লৈবা য়াদে। ঙসি হয়েংমক

হোংদোক্তবা য়াদে ঐবু ফত্তে হাইগনু, সরকারনা পিজগে হাইরবসু অকোইবদা তারিবা খুল অপুম্বদা লম অসি পিবদা আপণ্ডি লৈবরা লৈতবরা হংফম থোকইনা। মখোইনা পি হাইরগা হেকমক য়াগদ্রা?

*য়ামসে* ঃ সরকারগী লমদা সরকানা মনিং তৌনা পিসনু, নিংথৌগী লমদা নিংথৌনা ননিং তৌনা পাল্লু। অসিদা করি বেরা লৈ। বাবু অসিনা নংগী করি অকাইবা তৌররে।

*নিংথৌ* ঃ নংবু চীংদা পানবা নত্তবরা চীংদা পামলৌ উবদি লম য়াম্না পাক্লা লৈতবদি য়াদবনি। কোইহোং হোংদুনা পাম য়ানবা নত্রবদি লৈহাও কাদবনি। ফৌ থোক্তবনি। অদু ফাওবা খংদবা নথিংবোং পান্দবনা চাকতাংবা নংলিবনি। মীনা পিকথন্না তাশিল্লক্লবদি কদায়দগী উ য়ানগনি, ইনা কদাইদা ফানগনি, শানা কদাইদা কাপকনি।

*য়ামসে* ঃ অদু ওইহ্রগসু মনিপুরগী চীং পুন্নমক নংগী ওইবদি য়াদে। মী পুন্নমক হিংমিন্নগদবনি।

*নিংথৌ* ঃ ঐগীদি হাইবীরিবসিনি বাবু, শিনিংদ্রবদি নং ঐনা হাইবা মতুং ইন্না হোংদোক্কদবনি।

*য়ামসে* ঃ নতিক নত্তবা ৱা ঙাংগনু নংতনা নখুৎ পানবরা? মাগীদি শাগৈ-নাতৈ মরূপ - মপাং লৈতবরা। নংনা সরকার লৈ হাইবসি খংদব্রা? নংগী য়ুমদি ইনা কুপ্পা নৎত্রা, ৱাখল তৌনা ৱা ঙাংউ। তাইবং মীগী লমচৎ খরা চেল্লু।

*পাওখোথং* ঃ ঙাইখো ঙাইখো নিংথৌ। ঐখোই নখোই চীংদা পানবা ঙাক্তনি। ঐখোই মশেল পংহাৎ হাক্তোক্লরগা করি কান্নগনি বাবু অসিসু লাইরিক লাইসু হৈবা জ্ঞান লৈবা মীনি। মহাক্না চীংগী লমদমদা করি কান্নবা অফবা হৌদোকপা ঙম্বগে হাইবসু ময়েংসি। লম মচেৎ খরা অসি মানা শিজিন্নবদা নিংথৌগী খুল পানবা য়াবোইদবমক্তি

নত্তে। লম অসি য়াম্না তান্নরি। ঐখোইদি লম খরা মনুং হঞ্জিনখ্রে মদু তাম্না চৎনিংদ্রমাল্লে। মহাক্কী অফ-ফত্তা অৱাৎ-অপাদুম নিংথৌনা খরা য়েংবীয়ু।

*নিংথৌ* ঃ ঐ কনাগী মৱাসু তারোই, ঐগী লম কনানসু নমদুনা লৌবা শিবা ফাওবা য়ারোই। লাকও চৎসি লাকও! মখোইগী মতিক করি লৈবগে য়েংসি। (মরি মরি থোকখি )

*হেলেন* ঃ অদু অদা হাইবা অমত্তা থিদনা লুতোন্দা লাক্কুনা হাইরি। মী হাইবগা লমওক হাইবগা করিসু খেন্নবা লৈখিদ্রে। মখোইবু করম্না ভাব তানবা ঙাংনবা ঙমগনি।

*বাবু* ঃ ইচাসিদি - মখোইনা পংঙাং ঙাংলগা করিবু তৌরগবনো করিসু নাচুংউনু। পুন্নমক ৱাখল তৌবা লোইরগা থবক পাইখৎলিবনি। মথং মনাও নাইবা থৌশিন্না পুন্নমক অসি কোকখিনবা হোৎনবা তারিবনি। নমফুদা চৈতনা ৱারক্কুনা হোইদুনা পুরবসু তুং কোইনা কান্নরোই। মখোইনা পামবদা তৌহন্দুনা মাং তাকহনবসু য়াদে। হেলেন! ঐখোইগী থবক অসি লৌ শেম্বা লোইরগা চানবা মরাং কাইনা থম্লগা নুংঙাইনা মতম লেপ্পোক্কুনা লৈগদবা নত্তে। থবক্কী চীংশাং পরেং পরেং চীংদুম চীংদোন কয়ানা অরৌ লংদুনা ঐখোইবু শিংনদুনা ঙাইরিবনি। ঐখোইনা সমাজ সংস্কারগীদমক সেবক অমা ওইনা ইহান হানবদা লৌ উবগী থবকসি অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবা, কন্নবা শিন ফম ওইহন্নবা হোৎনসি। মসিগীদমক ঐখোইনা খংজবা মখৈ চাং য়েংসি মথংদা লৌউশিংউবগা লোইননা শিনফম মচা মচা কয়ানা শেল তানবদা খুদোংচানবা হোৎনসি। মদুনা চনিং তানা য়ুমলিং খুল্লিংবগী উপায় ওইগনি। লমচৎ অমদি ৱাখলবু মতম পুম্বদা থোং চানা থমনবা মীওইবা পুম্ববু চপ মান্নবা অমত্তা ওইবা মিৎয়েংনা য়েংবা ঙম্নবগীদমক ধর্ম্মগী শক্ষা অসিসু থানবা য়াদ্রবা মচাক অমনি। মতম মতমগা চুননা হিংবা ঙমনবা য়ুম্বান কৈবান ফগৎনবা মথং মথং চাওখৎপগী লম্বীদা চৎখৎপা ঙম্নবা লাইরিক লাইশু মহৈ

মশিং তম্বগী থবকসু থাদোক্লবা য়াদে। পুন্নমক অসিনা মরম ওইদুনা কনাগুম্বা অমত্তনা অমগী মথক্তা মনিং তৌনা ব্রায়েন তৌবা ঙমদনবা,ময়াম্না য়াবা আইন, চৎনবী অদুতনা ব্রায়েন থৌদাগদবনি। কনাগুম্বনা হাইনিংঙাই লৈতনা ইনাক কৈরাক খুল্লকপা অতৈনা লাইরবনা পৎ তৎপা ফিবমদা পুরকহল্লোইদবনি। মীশিংনা মশা মশাগী পামজবা থবক খন্নবগী খুদোংচাবা পিগদবনি। নম-হাদুনা কনাবুসু শিজিন্নরোইদবনি।

*পাওখোথং* ঃ বাবু নংগী ব্রাসি তাবদি য়াম্না নুংঙাইরে অদুবু সরকারগী মতেং য়াওদনা অসুক চাওবা থবকপু করম্না পাংথোক্কনি। অহানবদা সরকারগী মতেং ফংনবা হোৎনখো অদু ওইরবদি মীনসু থাজবা ঙমগনি থব্রাই য়াওগনি।

*বাবু* নিংথৌ অশিংবা অফবা সরকারনা মীনা তৌরিবা অফবা থবকপু মতেং পাংবীনবা পাংথোকপিনবা কোইনা থিরক্কনি। অপংবা অতনবনা মপু ওইবনা সরকার ওইরবদি থিবসু থিরকলোই, তাক্লবসু খংলোই অরেম্বা ওইগনি। ঐখোই প্রজা লিশিং লিশিংনা লিংজেন্না, পাঙ্গন্না, বুদ্ধিনা,মীগী থৌজান য়াওদনা পাংথোকচবা ঙমদুনা শেমজবা স্বর্গ অদু কল্লকওইদবা কনা লৈ। মিৎনা উদবা কনানসু লৈ হাইবা খনবীরুদ্রবা শমনাগুম্বা মরা লিশিং লিশিংনা লৈপাক্তগী চুপখৎলকপা মহাও অদুনা চাওরবা উজাও ওইদুনা মশা মরেং ফন্দুনা মহৈ মপান্না য়োমলদুনা হিংহল্লিবনি। মীনি মশিং থাবদা য়াওদ্রবা প্রজা লিশিং লিশিংগী থবক্তনা সরকার অসিগী হিংনবা চাওখৎনবা ওইরিবনি। সরকারতবু ঙাইদুনা পেন্দবতা ফোংদোক্তুনা লাও খোংদুনা কল্লক য়েংথিনবতা শন্দোকপা মীগী থবক্তা য়ৈখাইবা ওইহনবতা পিদুনা লৈরবদি লৈবাক মাং তাক্লবা ওইরক্কনি। ঐখোই প্রজানসু অঙম্বা মখৈ নোমসি। সরকারসু মখোয়না ঙম্বমখৈ হোৎনরকসনু অমনা অমগী মতেং ওইসি।

*মমা* ঃ অদুবু বাবু হয়েং অসিবু করম তৌসি হাইবগে?

*বাবু* ঃ মাইয়োক্কবা তারেদনা - ঐ হয়েং মখোইগী খুলদা কারগা উনরুগে যানদবা থোক্লবদি হয়েংমক ইম্ফাল কারুগে। অফিসতা চত্তুনা করি তৌবা য়াবগে য়েংলুগে। নখোইনা অসিদা লৈবা কিরগা চুরাচান্দপুরদা লৈরমউ, ঐনা হল্লক্লগা লাকমিন্নসি।

*পাওখোথং* ঃ অদুগীদি করিসু কিরুনু বাবু। য়ামসেগা ঐখোই অনি নোংমদি ফাইদুনা নয়ুম শংদুনা লৈগনি। নংনা হল্লক্লগা চৎকে নখোইগী থবকসু শুবিরমগে, অঙাংশিংসু শংগনি।

*বাবু* ঃ ঐদি শেলদি পিনিংঙাই লৈজদ্রেনে।

*পাওখোথং* ঃ শিল্লংবা লাকপা নত্তে শিনবাংবনি কিগনু।

*বাবু* ঃ ফরে নিংথৌ মরূপশিংগী মপান্দগী ঐগী থবক পুন্নমক মথং মথং পাংথোক্লগনি। হৌজিক্তি মহৈ মহৈ পোখানবা তৌরসি ঐগী তুংদা করিগুম্বা মখোইনা লাকপা থোকলবসু য়েরুবা ওইনা খন্দুনা খৎন চৈনবগী ভাব তৌবিরুনু। মখোইগী মপুক্লিং ওন্নবা থম্মোইবু পেৎহন্নবা হাইন-তান্নদুনা অদুমক ঙাংনবিরম্মু। য়েংউ য়েংউ চীংমাই পুম্বা পুমঙাং ঙাংনা চাক্লিবসি য়েংউ উংকী মপৈ ওইদুনা মংহল্লি পুমমুৎ মুৎথৎকদবনি। ঐখোইনা মুৎথৎকদবনি।

*ময়াম* ঃ মুৎথৎকদবনি, ঐখোয়না মৈ অসি মুৎথৎকদবনি।

*বাবু* ঃ ইচেল মচা মচানা পুনশিল্লগা ইচেল কল্লবা অচৌবা তুরেল, ইথক ইপোম হৌরবা ইপাক ইচাও ওইরকপগুমনা মী অমমমতগী অফবা ৱাখল, থবক্তা পুনশিল্লগা অফবা শক্তি ওইরকই। শক্তি অদুনা মপাঙ্গল মথৌনা ফুদোক্তুনা য়ৈখাইবা অথিংবা অদুবু নমখাইদ্রুনা চেল্লকই মীওইবা সমাজগী ফনবতা খনবা ৱাখলগী ইচেন্দি নোংমা নোংমাগী মপুং ফারক্তুনা

তর্মথিরবা সমাজবু চাকং কলিবা মৈগী মশক ওইবা অকিবা থৌদৌ পুম্ববু মুখৎ চাম থোক্তুনা চেনথখিনি। অমুক হন্না মীওইববু তাইবংদা মকা লামনা পলহনগনি।

*" মৈ মুৎপা "*

---

## ২শুবগী ৩শুবা উৎপা

" ঈশিং খোং মপাল "

( হেলেন ঈশিং খোং মপান্দা ফমদুনা য়েংদুনা লৈ )

*হেলেন* ঃ কযাদা নিংথিজখ্রবা - । পিকলবা ইচেল মচা অসিদা পিকল-পিকলবা ইথক মচা মচানা অমগা অমগা থেংগাইনদুনা হরাওনা শান্নরি। ঐগী থম্মোয়নুংদসু ৱাখলগী ইথক মচা মচা হৌহল্লি। ঐনা হৌখ্রবা পুন্সিবু নিংশিংই। লাকখিগদবা মতম্মুসু লাকশিন্দুনা য়েংই-অনি অদু তত্তনা থেংগাইনরি। ঐগী চান্নরবী ইমান্নবীশিং অদুবু ঐনা নিংশিংলি। অদুবু চুন্না মখোয়বু নিংশিংবা নত্তনা ঐগী ইমিদগী হেন্না মরূপ মপাং কনাসু উদে- ঐনা মখোইবু নিংশিজবা , নুংশিজবা মঙাই। অমুক হন্না ইশুং ইমান্নবী ওইনা লোইনবদি ফংলরোই। কন্নানা B.A., M.A Doctor, অফিসার ওইনখিগনি। ঐদি চীংদা তোংবী কামু তৈরবী লৈখোম লৈনাংদা লৈওন্নবী খুন্নুংগী মীচম ওইদুনা পুন্সি অসি লেল্লগনি। করিগুম্বদা অদুক মতা থোক্তুনা থেংনরুবা থোক্লগা মখোইনা হৌনবা খংবী ওইদুনা নুংশিনা লোইনবীরকলবসু ঐখোইগী মরক্তা খেন্নরিবদু ইশাদা অদুমক মং ফাওরগনি। ঐনা ঐগী পুন্সিবু নুংশিজে। ঐগী পামজবা ৱাখল কয়া কয়ানা কল্লবা চীংমাইদা কন্না থেংগাইরমলগা ইচাই চাইনা

তাদুনা মাংখিগদবা, থল্লবদা খোঞ্জেল থোক্কা কপানংঙ্। ঙখক ইবাওখোল পুরবী ঈচেল কম্না চেঙ্গুরিবী লাক্কী ইচেল আসাদি মাগী পম্বুংসম সাগর অদু য়ৌনবা চংখিগানি। ঐগী খংম্মায়নুংদা চেল্লিনা ইঙুল কল্লবা ঈচেম্না ঙ্গানগী সমুদ্রবু য়োজনিংবা তাইবং মপোক আসিদদি ফংলবোই। বয়া কৌবী ঋতুনা মপুং ফারক্রবদা লাকমাইদা হৌজবা উমং বামং পুম্বা পুম্মম মমনা শংলে। লেবাকলেমা কৌবী মাগী গর্ভ মনুংদা মনম মহাও মচু পুম্নমক পবরী তাইবং পানবা জীবগী মমানা উরি রারি হেপাল লেপাল পুম্নমকা মাগী মাগী শকক য়েনবীদুনা হবাওনা কনা নাকইননবীরে। লাম্মনা পুংঙাং ঙাংনা চাকখোকলুববা চাংগী চাংমাইস অশংবা ফিজোল হোংবীরে। চক্রাগী শঙ্খ শঙ্খুনা উমং বামং পুম্বা পুমনোম নোমলে, খাঞ্জেলগী লেগাক ওইহনবীরে। মশুকপা অকিবা চীংনুংগী লাইবং পানবা মপুগী লৈফম লইরে। থম্মোয়নুংদা ভক্তিগী ইথক হাইল্লে। মশুকপা লমদম অসিদা শউম চাওবনা লাংলে নংশিংনা অথাক-অনাও লোইনরবা শাফু কল্লবা লোংনা মকিবা শক্তম ওইহল্লি। চীংগী চীংলাইনক্তা থক লাওবকপা চীংলাইগী খোঞ্জেন্না চীংমাই পুম্বা থক থক নিকহাল্লি। অমুকসু তরং তরং হাইদোকখিদুনা নুমিৎকী মঙান্না য়েবদা হাইনিংঙাই লৈতনা নিংথিজে। কুমগী নোং লাক্তুনা অনৌবা পাঙ্গল ফংলবা কল্লবা লোক্কী ঈচেল অসিনা লাও-খোংলদুনা চেম্ববি। ঐদি পাঙ্গল কনবানি মীওইবগী ফনবতা তৌববানি লাও থোবকউ লাও হাইদুনা লাওর লাওবদুনা চেম্বরি। নংনা অতৎ অথম লৈতনা অকিবগী মশক ওইববা সাগরগী ইথক ইপোম অদুদা তিল্লুগদবগী চেম্বরি। সাগর অদু য়োরগা অমুকসু হল্লকখিগনি, নুমিৎকী মৈশা মঙাল পুম্বা থুমজিন্দুনা নুংশিত্তা শাদোং ওইদুনা মৈগী থাং পাইবদুনা জীবাশিংবু য়োকপিনবা অমুকসু লাকখিগনি। সাগরগী মচা হে পাঙ্গল্লবা। ঐদি পাঙ্গল লৈজদবীনি নংগা শিংনবা ঙমজরোই। নংবু থিংগৎপা থৈগৎপা হাংকক নচাদে। নংগী ইচেল ইথোই থবদং ঐগী

ইপাগী য়াম্না আশা চাওনা। শমগৎচরিবা লৌবুক অদুদা মতম ঙহাক লমদর্নাবিরউ ইযেদ্না লেবিরমউ। অনৌবা ফৌনাবু মালংদা জগোই শাঙ্গনবীবউ পান্দোং চাওনা শন্দোকহনবীবমউ। মরু চংলবা মঙাংনা চুম্না চুম্না যাম্বক্লবীরমউ। চীংগী শোখৎলৌবনা লমদমশিংদা অনৌবা জ্ঞানগী মঙালনা ফুদোকতুনা চাওখৎপগী অবাংবা খাক্তা খোংলৈ থুনা চংশৎহঞ্জনিংবা ঐগী ইপাগী উদ্দেশ্য মপং ফানা পাংথোকচবা ঙম্বা পীনবীরমউ।

*বাবু* : হেলেন হেলেন। (লাপলপ্না কৌরকই) হেলেন! হৌজিক্তা মমৈখংদা ঐখোইগী নিংজবা আশা থরগী মখৈদি পাংথোকপা ঙমলগানি হাইবগী আশা লৈরে। ইপাগী হেলেন পেল্লে। ঈশ্বরনসু মংন পেনবীবা ওইসনু। চহি মতাং নৌরিবী ইচানা, মাইথোক্লরিবা, অকি অখং, খাংলিবা অৱা অনা, কংথোকচবিবা তুংগী পুন্সিগী আশা, পেনবীহে বশিংগী থম্মোইদা তঙনা মমি তাহোসন। চৎলো হেলেন, ওকলে চৎলো ইপাগী ইতং পাংবা ওকলে। মসিদগী হেল্লবদি নহাক্কী লম্মন তোনশিল্লগনি। নমাগা ঐগা চংদুনা খবক পুম্বা নোমহৌরগে ঙমলগানি। নংনা ইংখালদা অমুক চংলো নহে নশিং তমগদবা অমুক হগ্লরো। চহি শংদি লমদল্লুবে অদুবু কবিসু খংহৌ। বাই চংলো হলে চংলো। ইপানা নংগী লাইরিক লাইসু তম্বা ঙম্বা হাংনগে।

*হেলেন* : ঐদি নুপাগা শইশিল্লে অঙাংগা ওইরে ঐনবু করি মানা তৌঙমদনা তৌবা ঙমগদগে। ঐগীদমক করিসু বাসিকগনু ঐনা লাইবিক খবা তমলুরগা অদুনা কয়াবু খেল্লগদগে অখোই মহেন থরতগী বানি। ঐনাবু কয়া ফরক হৈবক্লুনা হাতহাসকী লামাইদা লেহৌবা য়াবা করি থবক তৌথোকপা ঙমগদগে। শক্লাগী অস্কানি। নখোই অনিবু চীংনুং আসদা চানিংঙাই থকানিংঙাই মরাং কাই হাইবসু নত্তনা কবম্না তরক তরক শুন্দোকলমলগা চংখিবা ঙমগদগে। ফাবম মাসদা পুরি বাই শংনা লাইবিক তম্লুবা ঙমগনি হাইবা

থাজদে। ঐনা ইশানা পাজবা, তাবা ফংবা, থবক ওইনা থেংনবা অসিনা ঐগী অথোইবা লাইরিক লাই শু তম্বা অসুম্মক ওইরগে লেপচরবনি। ঐনা করিগুম্বদসু নংবু নিন্দা তৌজরোই। ইশানা য়ামনা পামজনা ঐগী ইপাগী তুং ইনবা লাকচরবনি। মতম অমদা নহাক্কী অনৌবা খুঙ্গংসিনা মপুং ফাদুনা নহাক্না পামজববা মং ওইরিবা সমাজ অদু লিংখৎলবা মতমদা শান্তিগী লেবাক লেদুনা ঐনা পেঞ্জগে।

*বাবু* ঃ হেলেন করিগুম্বা মতমদা পুন্সি অসিদা নংগী লম্মন শিংলম্বা ঙমনি নিংদ্রে।

*মমা* ঃ ইবেম্মা। নংবু হোক্লিক ফাওবা হল্লক্কবা অসিবু করি তৌরবগে। চাদবমক্কদা নং শিবা তরে ঐখোই য়ুমদা চৎসি চাক লোইদনা খনমলে।

*হেলেন* ঃ ইমা নর্ংদি কদাইদগী চেং থিরুই।

*মমা* ঃ য়াইমনা লাকপদা ঐখোইগীসু চেং খরা পুবিরকই।

*বাবু* ঃ ঐখোইদি যাইমনা খার্কপিবা তারেদনা -

*হেলেন* ঃ চৎলসি ইমা! চৎলসি ইমা য়েংউ ঐখোইগী লৌখাং মচা অসিদা চল্লিবা ইচেল মচা অসি খল্লুবদা নুংশিদ্রা? ঈশিং অসিনা ঐখোইগী লৌবুক তান্না চেনশিল্লি ইমাই চোল্লবা ঈশিংগী ফজবা অসি য়েংবদা অরাম খৌরাংবা কোকই য়েংউ ইমা কখাদা ফজখ্রবনো?

*( য়াইমগা লোইননা অফিসকী বাবুশিং চংলকই )*

*য়াইমা* ঃ বাবুগী খবক লোইদ্রিবরা?

*বাবু* ঃ করিস্ । থাইদোকপা লেত্রে লৌখোং অসিদা ঈশিং চোন্না চেল্লকপা উবদা নুংঙাইরদুনা অমুক নিংখাই খোৎখাই তৌগদ্রা হাইদুনা য়েংলমলিবনি।

*য়াইমা* ঃ চাদ খঙ্গনা নপাঙ্গল নথৌনাতনা তৌজবা লৌখোং অসিগী

মপানতনা চীংগী চীংলাইবক্তা ঈশিং নিক নিক লাওনা চন্দুনা নিংথিজবা লৌবুক অমা শেমলে। মমল নাইদ্রবা লৌখোংনি। ঈশিংনা তনিক তনিকলদুনা ফজখ্রিবা, অমৃতনি ঈশিং নত্তে। মী পুম্নমক্না অঙাওবনি হাইদুনা লংনরম্বদু কোক্তুনা নহাক্কী নতুং ইন্দুনা লৌ শেমনিংদুনা ময়ুম মকৈ শারনবা থৌরাং তৌনরক্লেদনা।

*বাবু* : হোয় য়াইমা লমগী ইরাং হেক কোকখিবদা মীশিংনা ঐগী ইনাক্তা লৈনিংবা য়াওবকলে। অদুমকপু কদাই ফাওবা মপুক্লিং চংনা নোমলগদগে খংদ্রি। পুক্লিং চপ য়ুংনা মশিরগে হাইবা য়ৌদ্রবদি অনৌবা থবক অমা লিংখৎপা, মীনা পামনদ্রিবা খংনদ্রিবা পোৎপু চৎনহনবা হাইবসি অরুবা থবকনি। ঐনা শেম্বীবসু ঙমলোই নংনসু মখোই পুম্নমক্কী লৌ শেম্বীবা ঙমলোই।

*য়াইমা* : বাবু মখোই পুম্নমকসি লৌ উদুনা হিংবা মীনি, মশানা পামদুনা তৌরগে হাইদুনা চোংশোক্লক্লবনি। যেংবিয় বাবুশিং অসি বাবুবু থিরকলিবনি।

*বাবু* : ওঃ কবি থবক্কী ওইরবনো কবি তাকপিগদবা লৈবগে ঐদি চুম্না লম য়েংবা চৎপরা খঞ্জকরে।

*ওফিসার* : ঐহাক ট্রাইবেল ওয়েলফেয়ারগী অফিসা বনি। বাবুগী শেমগৎ-থাগৎনবকপদগী ঐসু ঈশমক যেংগে হাইদুনা লাকচরিবনি। বাবুনা তৌবিরিবা থবক মওং অসি উজরে. ঐসু য়াম্না নুংঙাইজরে।

*বাবু* : মীশিং অসি য়াম্না পুকচেল ফজখ্রে. ঐদি কবি অমত্তসু পাংথোকপা ঙমজদ্রি, চিন কনবগী পংঙাং ঙাংবতা মঙাইরি মীনা ঐবু নুংশিবীদুনা থগৎপি হাইবসিদি ওস্থাক্লা পেনবী-হৈবগী ৰানি। লৈনবা য়ুম মচা অমতং অদুক শাজিনবা, মনা মশিং হৈরা খরা থাজিনজবা, মৈকন্নবা নাপী-শিংবী খরা অদুক হাইদোকচবা, পন মচা অমা থিংদুনা লোক্কী ঈশিং অদুক য়েখৎচবা, লৌ পরি অনিরোম তেমথ-ৰাইথদুনা লৌরি ইথিং শেমজিনবা

লৌখোং মচা অসিম মাইল ৪রোম ওইগদ্রা অসিমতং তৌথোকচবা অসি মঙাইরি। করিবু পাংথোকচবা ঙমজদ্রি।

*ওফিসার* ঃ হৌজিক পাইখৎপিরিবা থবক অসিমক মনিপুরগী মনুংদা থ্বাইদগী ঙকপা থবকনি হাইনা শিংথানবা য়ারবনি। চহি ১/২ দংগী মনুংদা মী অমগী পাঙম্না অসুক য়াম্বা থবকপু পাংথোকপা ঙম্লবদি করি ৱানিংঙাই লৈগদগে? মীনা থাগৎলিবা অসি থাগৎফম থোকলদুনা থাগৎলিবনি। ঐনা হৌজিক লাকচরিবা অসিদি লৌ-ইশিং অসুম্না শেম্বা, খুৎনাইবগী থবক, য়ুমগী শিনফম মচা মচাশিংগী খুদোং চানবা শেন-থুমগী মতেং অদুগা মীশিংদা তাকপী তম্বীনবগীদমক্তা ইনক্কারি চৎচবনি। হৌজিক শেম্বীরিবা ঈশিং লৌ অদুগা মতুংদা শেম্বীগদবা লৌগীদমক্ত সরকারদগী মতেং ফংবিগনি।

*বাবু* ঃ (হবাৎলা) য়াইমা। তাইবং মী হাইবসি শিবু শিনু হাইরবদি উপাই অমা হেক মরাকই। ঐখোইসু চাক চবা অনি শুনা শুনা চাবা ময়ারগনি। নহাকসু হিংলগনি।

*ওফিসার* ঃ অৱাবা মতমশিং অদু হৌখ্রে হাইনা খনবীরো। অৱাবা খাংখিবগী মমল থরতা ওইরবসু ফংবিরগনি। ইন্দষ্ট্রিনচিংবা পাইখৎপগে হাইরবসু খুদোং চাগদবা য়েংবীয়ু। লম্লাইতগী নত্তনা মীয়মগীসু ফনবা শিনবী লাংবীদুনা থরা মৱাবীয়ু।

*বাবু* ঃ অসুক মমল য়ামখ্রবা উপাই পুবিদুনা লাকলগা ঐখোইদি ফিদা ফাৎবা থাবা ঙমদ্রে। মনাক্তা তিন-কাং কাকথৈ মরক্তা লেপহল্লে।

ওফিসার ঃ য়াম্না নুংঙাইরে মতুংদসু ইতৎ তত্তনা উনগদবা মরৈরে। বাবুনা সরকারগীদমকসু মতেং পামবীয়ু। ট্রাইবেল ওয়েলফিয়ারগী থৌরাং ময়াম অসি ফগৎনবা মতেং থরা ফংহনবীয়ু।

*বাবু* ঃ ঐখোইগী শক্তিনা হেক তৌবা ঙম্বমখৈ তাকপিয়ু হেক ঙম্বা মখৈ হোৎনজগনি।

*ওফিসার* ঃ ঐখোইদা তাকপিগদবনি, করি করি তৌরগা ফগদগে করি করিনা লাইনা পাংথোকপা ঙমগদগে হাইবদু।

*বাবু* ঃ ঐখোইদা করিসু খংজবা মী নত্তে, অচম্বা মীচমগী মনুংদা চমলবনি। ঐখোইনা তৌজরিবা থবক অসিসু অচম্বগী মনুংদা খ্বাইদগী চম্লবা পাঙ্গনগী থবক খরদংনি। প্রজাগী মপা মমা ওইবিরিবনিনা মপা মমাদা লৈবা গুণশিংগী মপু ওইবীরিবনি। অদুনা চানবীবা রাহে খরা শিজিন্নবীদুনা পুক্লিং থৌগৎপিরি, য়াম্না থাগৎচরি। মপা মমানা মচা নুংশিরিবনি হাইদুনা মাংনেনবগী মশক কয়াসু ওইরি। য়াম্না কন্না থিজিনবীদুনা চান্নানা কান্নবা ফংজনবগীদমক অপংবা প্রজাশিংগীদমক অৱা অনা খংদনা কুপ্না নৈনদুনা থিজিনবীদুনা হোৎনবীরিবনি। মপানথোংগী ফজনবা তাবদা নুংঙাইনবা কুম্মৈ ওইনবতা হাৎনবীরবদি মনুংদা পুর্মশিলকলিবা কাংবু কাংবু ওইনা মাংখ্রিবা থাবা মপান্দগী লাকশিল্লক্লিবা অকনবা শক্তিবু থিংবা ঙমলোই। কাবিগুম্বা সমাজ অমবু শেমগৎ শাগৎনবগীদমক সমাজ অদুগী মীপুম খুদিং খোংতেক মিৎতাং চিংখদনা অফবা থবক মানা মানা ভম্বা পাংথোকনিংদুনা চোংথোক্লরুবা পুক্লিংগী ইহৌ অমা পিনবা হাৎনবা তাই। লৈবাক্কী সমাজগী কান্নবগী মমিংদা লাইরবা ইনাকখুনবা চপ মান্ননা তেমথোক্লুনা মশা মশাগী অপাম্বা হৈনজবা পুক্লিংগী মকা লাম্ববু পুম্মুৎ মুৎথৎপিবা মতৌ অদুসু শান্তিগী মশক ওইবা পুন্সি নত্তে। কনানা কনাবুসু তুহৎপিদবা মীগা মীগা খেন্নবসি মহাক মহাক্কী থবক্তনা মগুণতনা ওইবা, কনাসু শেনগী মীনাই ওইদুনা পুন্সি লেনদবা, সমাজ অদুগী ঈদা চুম্ববা হৈনজবা হৌনলোনচৎনা য়ুম্ফম ওইদুনা শেমগৎপা অনৌবা পুন্সি অমগীদমক লময়ানবিফম থোকই। মীপুম খুদিংগী মশা মশাদা য়াওজরকপা গুণশিংবু ফোংদোকচদুনা মপুং মরা ফাবা পুন্সি লেঞ্জনবা খুদোং চাবা পীবিবা, দণ্ডিনা হোইদুনা পুবিবা নত্তনা অমগা অমগা ইশম শমনদুনা থাদোক্লবা য়ানদনা মরি লৈননা থবক্লা পুন্দুনা হিংমিন্নবা মীনামশা মশাগী

হৈনজবা ওইজগদবা য়েংদুনা অপাম্বা শিনফম খঞ্জবদা অপনবা অথিংবা লৈহন্দবা। হৌজিক্কী যুগ অসিদি অহৌংবগী মশকনি। অকিবা ফংলবা অহোংবগী যুগ অসিদা পোকলবনিনা অহোংবশিং অদুনা ঐখোইবুসু থাদোকপিরম্বা নত্তে। খুৎকী মহুত্তা খুৎশু খুৎলাইনা ইঞ্জিন্না পৃথিবী অসিদা লাওখোংদুনা নোমলিবা ঐখোইনা তাশিন্নদনা লৈবা য়ারোই। মীচমশিংদি হৌজিক হৌজিক্কী চৈনা য়েবা থবক নত্তনা করিসু খঞ্জবা পাংথোকচবা ঙম্ব নত্তে। জ্ঞান লৈবা লমজিংলিবা মীশিংতনা লৈরিবা মীগী শক্তি, লৌউ - শিংউবদগী ফংবা, খোনিদগী ফংবা পোখোক, ঈশিংদগী ফংবা পৱার, জঙ্গলগী লল পুন্নমকপু মীচমশিংগী অমদি লৈবাক্কী য়াইফনবা শিনবা, অফবা জ্ঞান পুথোকপিবা তাই, থবক ওইনা পাংথোকপিনবা লমজিংবিবা তাই।

*ওফিসার* ঃ ঐখোইদি চুন্না সরকারগী থবক থবা তৌজবতনি, বাবুখোইনা ঐখোই পুন্নমকপু লমজিংবীগদবনি।

*বাবু* ঃ ওঃ। ঐগী ইতিক ইপা চাবা থবক ওইজদে ঐদি জ্ঞানিশিংনা তাকপা থবা নোমদুনা পুন্সি লেঞ্জবা পামজবনি।

*ওফিসার* ঃ ঐনা আশা তৌজে নহাক্না পাম্বারিবা পাইখৎপিরিবা থবক অসি য়াম্না পিকপা ওইনা লৈরবসু মাইকৈ পুম্বদগী লাকপা উপায়না মতম অমদা অচৌবা শক্তি পুরবা রাখলগী ইচেল ওইরক্কনি। মদুনা মণিপুরগী তামলবা চীংগী খুঙ্গংশিংদা, লরাই থরাই পুন্নমওা সহবগী য়ুমথোং খুদিংদা তাইবং পানবদা তরং তরংলবা ময়েক লারবা সভ্যতা অমগী তুংনফম লমদম ওইহল্লখিনি। ঐসু হঞ্জরগে নোংমতং অফিসতা লেংবিরকউ ঐখোইসু মতম মতমদা লাকচগনি।

*( ময়াম খুৎ লোম্নে নমসকার তৌনৈ )*

*বাবু* ঃ ফরে ওফিসার ইবুংঙো লেংবীরো ঐনা পুক্লিং হকচাং অমতা ওইনা সরকারগী মফমদা তৌবীমল খংবা উৎচরি।

*( ময়াম চৎখি লৌউবা বাবু ফমথদুনা লৈহৌই )*

*হেলেম* ঃ বাবু। ঐখোইসু চৎলসিদনা করি তৌথিনি।

*বাবু* ঃ ইবেম্মা ইপা চৎপা ঙমদ্রে ৱাবনা শিগদৌরে, ঙাইহাক্তা পোত্থাখিসি - মিৎ অসি তন্দন পাইরে। আইস করিনো অমা তৌরে শিদৌরিব্রা করিনো!

*হেলেন* ঃ ইপা! করিসু তৌরোই চাক য়াওদবদা ঙাংবগা শকপগা ৱামল্লদুনা তৌরিবা ওইরমগনি পোত্থাবগা ফগনিদা।

*বাবু* ঃ চুমই, খাংবা কননবতনা লাইরবগী খুৎলাইনি, উইন কননবতনা অশোনবগী খবক ঙম্নবগী উপায়নি ঐসু থাংগনি।

*মমা* ঃ হেলেন যাইমা অসি অমুক্তং কৌসিদনা মাদি লাকথবা হেবম্বসু যাই।

*হেলেন* ঃ ইপা। শাদা যাইমসি অমুক্তং কৌগেদনা।

*বাবু* ঃ ফৈ কো মানা লাকথরগা খাংবা অসি থবা ঙম্না য়াই।

*হেলেন* ঃ তাযাইমা তাযাইমা! অমুক্তা লাকখোও ঐখোইগা চৎমিন্নসি।

*বাবু* ঃ হেলেন ঐনা নখোই নমা নচা অনিদা মীনা খাংহৈদবা অৱাবা যাম্না থাংহনখ্রে। ঐগী মংগী লৈবাক অদু শেমগৎনবা হোৎনবদা নখোইগী পুন্সি অরেম্বদা কেমহৌরে। করিগুম্বা, ঐনা শিবা থোক্লবদি নখোই অনিবু ওম্থোকপা মওং চাদবা ফিভমদা হুন্দোকলম্বা তারে। নখোই অনিনা ঐবু ঙাকপিয়ু। শোত্থহৌরবা ঐখোইগী কাংলুপকী মীশিংগী য়াইফননবগীদমক সেবা তৌবনি হাইনা খন্দুনা পেনবীয়ু।

*মমা* ঃ অদুম্না পুক্লিং নুংশিবা ৱা হাইগনু নহাক্কী লোইনবী ওইদুনা অৱা নুংঙাইবগী খোংবু ওইজবা ঐগী খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইজবনি। করিগীদমক ঐখোইবু হুন্দোক্লমদুনা শিগদগে। ঐখোইনা নহাক্কী নিংবা থুংনবা নোমখিগনি।

*( য়াইমা মীয়াম মরি মরি চংলকই )*

*য়াইমা* ঃ ইবেম্মা! বাবু করি তৌরে হাইবগে?

*হেলেন* ঃ তাদা য়াইমা নহাক অমুক্তা লাকথৌ য়াম্না ৱারে হাইরি। হকচাং অসিসু হুমাংনা পুংচোৎ চোৎলে।

*( য়াইমনা লাকথৈ )*

*বাবু* ঃ য়াইমা ঐ নুংশা স্বর হোনবা য়াম্না ৱারে, করিগুম্বা ঐনা শিবা থোকলবদি নংগী লম্মন তোল্লগা শিবা তারেদো। ঐনা শিথ্রবসু সরকারনা পিগনি হাইবা শেল অদুনা পিবিরক্লদি নংগী শেল নচনখোয়দগী লৌ, নত্রবদি মখোইনা পিবা ঙম্লরোই।

*য়াইমা* ঃ বাবু অদুগুম্বা ৱা হাইবিগনুদা, লৈরগা লৌগনি লৈত্রগা তোক্কনি করিগী অদুক ৱানা খনবীবগে। করিসু তৌরোইয়ে ৱামনবগা করিগা নুংপানা ওনবগুম্বা ওইরিনি। ঐ ঙহাক্তং লাকথগে, পুক্লিং শোম্বীগনু চাক - ঈশিং খরা চা · থকলগা ঙহাক্তং পোত্থারগা হেকমক মফগনি। নহাক্কি ঈশ্বরবু থাজবা মীনি অসুক য়াম্বা মীনা নহাক্কী নতেং ঙাইদুনা লৈরিবসি উদ্রবরা ঈশ্বরদা অনৌবা শক্তি পিবিনবা নিবিয়ু মহাক্কনা নংবু নতেং পাংবীগনি।

*বাবু* ঃ ঐনা হিংদুনা মতম খরা লৈনিংই, ঐনা পাইখৎলম্বা থবকশিং অসি খরতদি মপুং ফাহন্নিংই। চাওখৎপা হাইবসি লান তৌবতনা পুরক্কদবা নত্তে - লাল ঙম্বা থৌনা ফম্বতনা পিবা ঙম্বসু নত্তে। থবক হাইবসি শুকলেপ লেপ্তুনা ঙমদুনতা লৈগদবনি। অমুক ঙম্বনা লোইবা নত্তে। সমাজ অমবু অহিংবা ওইনা থম্নবগীদমক মতম পুম্বদা সভ্যতা অমগী তুংনফম ওইদুনা থমনবগীদমক মতমগা লমজেন তান্নদুনা নোম্বা তাই। সমাজ অদুনা হিংলিবা মখৈ ফজবা পুক্লিং, ৱাখল ফজবা লমচৎ পুম্বনা সমাজ অদুগী লৈতেং ওইগনি। লৈখা হেক তাখিবদা মীনা মীবু লেন্দুনা চাবা য়ৌগদবনি। ঐখোইনা ইশা ইথন্তা লেপচবা ঙমদ্রিঙে অসিদা মপান্দগী চংশিল্লকপা যুগ অসিগী মাংনবগী মশক

ওইবা থৌদৌ ময়ামনা য়ৈশিল্লকপনা হানখ্রবদি হাইনিংঙাই লৈত্রবা অমাংবা থোক্কদবনি। লাইবক থিবনা ঐনা ফগনি হাইনা থাজা খরদং অসি পাইখৎতুনা ঙাকথোক তকথোকনবা করিসু তৌরম্বা ঙমদনা পুন্সি লোইগদৌরমাল্লে। হেলেন ঈশ্বরবু থাজৌ। ঈশ্বরবু নুংশিবা থাজবা অদুতনা মীওইবগী পুক্নিংবু অচুম্বা মাইকৈদা লমজিংবীগনি। মহাক্না অমাং অত পুম্বদগী ঙাকপিগনি। ইপানা নংগী লম্মন তোল্লবনি ইপানা নংবু অকিবনা কোইশিল্লবা পুন্সি অমা লেলহৌনবা হুন্দোক্লম্বা তারে ইপাবু ৱারৌগনু।

*হেলেন* ঃ ইপা! নহাকপু ঐনা কয়া নুংশিজখ্রবা নহাক্কী পামজবশিং অসি পাংথোকপা কয়াদা পামজখ্রবা-অদুবু ঐদি নুপী মচা পাংদবীনিনা অকনবা শরুক য়াবা ঙমদবনা করিসু নতেং ওইদ্রে। ঐগীমক্তা ৱাবিবনা মহেল্লে। নহাক্না শিবা হিংবা অনিমক্তা - ঐনা, নহাক্না য়াম্না আশা চাওনা শেমগৎচবা খুঙ্গং অসি থাদোক্কুনা চৎলোই। ঐঙোন্দা ঈশ্বরনা নুংশিবা ৱাখল নত্তনা অশাওবা পেন্দবগী ৱাখল অমত্তা পোকহনবীদসনু নহাক্না নুংশিজবা মীশিংসিগীদমক ঐনা ঙমজবা মতেং পুম্বা পাংগনি। মখোইনা ঐবু ওৎ নৈরবসু ঐনা নুংশিদুনতা লেজগে। ঐনা থাজৈ মতমগী মতুং ইন্না নংগী লৌখোং অসি অসুম অসুম শাংদোকপা হেল্লকখিগনি। চীংগী চীংমাই পুন্নমক ঈশিংগী ইপাক ওইরকখিগনি। অশংবা ফৌনানা কুপলখিনি। চীংগী লমদম পুম্বসে পুক্কে লনগৈ ওল্লখিনি। ইপা পুক্নিং শোম্বা থাদোক্কুনা নংগী অনৌবা খুঙ্গং অসে ফিদমনফম ওইবা মফম ওইনবা হোৎনবীয়ু।

*অহানবা* ঃ করি ৱানো বাবু! নহাক্না ঐখোই পুন্নমক্কী ইপি ইপা ওইবিগদবনি। ঐখোই পুন্নমক চংদুনা নহাক্না পাংথোকনিংলিবা থবক পুন্নমক পাংথোক্কদবনি। হৌজিকপু পুক্নিং হম্বিবা য়াবা মতমলা? য়েংউ শোংলিবা, মংলিবা অকুৎ অতোং অমতা মীনা শিজিন্নদবা লমলেম লম্মাং ওইহন্দুনা থমলরোইদবনি। অশংবা সনা লুপা ওলহল্লগদবনি। তৌগদবা অদুতা মতাকউ য়ুম শাগনি,

স্কুল শাগনি, লাইশং শাগনি। নহাক্না অপাম্বা মখৈ ঐখোইনা তৌগনি। হৌজিকপু কপ লাওদুনা লৈথোকপা মতমলা? অসুপ চাওবা চীংলৈবাকপু নতোমতনা ইনবা থাংবা ঙম্ববা হৌগৎলু বাবু হৌগৎলু।

*বাবু* ঃ মীগা শেনগা লৈজদবনা - ঐনা নিংজবা অমত্তা পাংথোকপা ঙমদবা তারে হাইদুনা কপ্না কপ্না শরুতনা তত্তুনা ঐনা চীংবু নৈনগে-তেমখায়গে হোৎনরকলিবনি। ঙসিদি শেনস্ু মীস্ু ঐগী ইনাক্তা ইকোই কোইশিল্লরে। ফবে - য়াম্না ফরে শিরবস্ু পেল্লে। (হৌগত্তুনা লেপই) ময়াম পুন্নমক্না হাইবীয়ু - ফিদম লৌনফম ওইবা, তরু তহেল্লবা সভ্যতাগী তুংনফম ওইবা মপুক মবা তপ্লবা "*অনৌবা খুঙ্গং*" শেমগৎকনি।

*হেলেন* ঃ "*অনৌবা খুঙ্গং*"

*ময়াম* ঃ শেমগৎকনি। ( হন্না হন্না ময়ামনা লাওই )

# লোইরবা